


শগোলশেম ইন্দ্রকুমার



ইজাতি অসিগী
তুংগী য়ূম্বীরেল ইরৈবাক্কী লাইবক লেপ্পগদবা
অঙাংশিংগী মফমদা লাইরিক অসি
কথোকচরে ।

জাতিগী মনা ফংলবা

# 'থৌনা ফবা খম্বতোন'

অইব : শগোলশেম ইন্দ্রকুমার

অফোংবী : সঙ্গীতা-সুজাতা, ইম্ফাল

অহানবা মঙাল : ১৯৮৪

কপী মশিঙ : ১৫০০

সত্ব পুম্ব অইবগীনি।

মমল : লুপা ২০/·

Made and printed in Manipur,
'Peoples Progressive Press, Kakching.

# "ৱামাঙ য়ানজবা"

মনিপুরদা অঙাংগী ওইবা সাহিত্যগী লাইরিক মরাং কায়না লৈভবদগী অহল লমন, ওঝা গুরু কয়াদগী অঙাংশিংগী লাইরিক ইনবা পাউভাক কয়া ফংজখি। ওঝা গুরুশিংগী পাউভাক মতুং-ইন্না অঙাংগী লাইরিক কয়া ইজগে খঞ্জখি। অহানবা ওইনা পৃথিবী ফাওবৱা ৱারী 'আরবকী অহিং' মথংদা অঙাংগী ৱারী 'পিনোকিয়ো' হন্দোক্নুনা পুথোকচখি। মথংদা ঐগী ৱাখলদগী পোকখি "থৌনা ফবা খম্বতোন"। ৱারী অসি ভশেংনা ঐহাক্কী ৱাখলদগী থোকচবনি, কনাগুম্বগী পুন্সি অমদি ৱারীগা মরী লৈনজদে। ৱারী অসি আকাশবানী ইম্ফালগী অঙাংগী থৌরমদা ইশামক্লা পরীং নাইনা লীজখ্রবনী। লাইরিক অসি ১৯৭৮-৭৯ গী ওইনা অঙাংগী সাহিত্যদা জাতিগী মনা পীবিরকখি।

শগোলশেম ইন্দ্রকুমার।

# থোনা ফবা খম্বতোন

## অহানবা শরুক

ইম্ফাল সহরদগী নোংচুপ পাংনা শগোলবন্দ লম্বীদা অস্তুম চংলগা কিলোমিটর ভরানিথোইরোম লাপ্পা মফমদা শঙাইথেল কৌবা খুঙ্গং মচা অমা লৈ। খুঙ্গং অসিদা চাওরাক্লা য়ুম চাম্মরোমগুমক লল্লা লল্লা ভাই! চৌংদগী চেম্বরকপা লৌখোং মচা অমা লৌবুক ফাওহ্না চেল্লি। খুঙ্গং অদুগী মীয়াম্না লৌ-খোং অদুদগী ঈশিং চানৈ। লৌখোং অসিগী মরীম্দা কৌক্রু-লাইচি পাংনা অস্তুম চংলগা চৌংখোংমক্তদা পীক্তক ভোবা ভনান ভনানবা য়ুমদোমপোক অমা লৈ। য়ুম অসি খম্বতোনগী য়ুমনি। খম্বতোন অঙাং ওইরিঙৈ মমা-মপা অনিমক লৈখিদবনা মহাক মমা-মপা মশক খঙহোদে। খম্বতোন মপুবোক্লা য়োক্লকই। মমা মপা লৈভবনা মপুবোক্লা খম্বতোনবু থোইদোক্লা লূনা অমদি চেকশিন্না য়োকই। মপুবোক্লা লৌবুক্তা থবক-ইনথাং লোইহ্না হল্লক্লগা নুমিদাং খুদিং খম্বতোন্দা নুঙাই-নুঙাইবা বারী কয়া লিবী। পেবেংকী বারীদগী হৌনা হনুবা হনুবী পানথাবা, হিয়াং অথোবা, ল্যাই-খুংশাংবী, শমু অঙোব···· চিথবা লৈভনা লিবী। অদুগীস্মু মথক্তা খম্বতোনগী মপুবোক অসি নহা ওইরিঙৈদা মণিপুরগী চৌংশাং কয়া চংভুনা ললোন ঈভিক ভোক্লবনা চৌংশাংশিং অসিগী মরম অমদি মহাক্লা থেংনরকপা অবা-নুঙাই কয়া হেক-হেক লিবী। মতম অদুদগী হৌনা খম্বতোনগী মপুক্লিংদা মহাকী মপুবোক্লুম্না

মণিপুরগী চীংশাং কয়া- অমুক্তং কোয়নিংবগী রাখল ফাওখি। মহাক্না মপুবোক্না হংই: "ইপুবোক ঐ কৈদোউৈ চাউনি?" মপুবোক্না খুম্মী: "থুনা চাওনবা য়াম্না চাউও।" থুনা চাওনবনি খন্দুনা খম্বতোন্না চাক য়াম্না চাবা হৌই। মহাক্না হূকপা চথোম থুদিং থুনা চাউংবনি খন্না হূকৈ।

খম্বতোন পুংকক চাউরক্লে, শক্লেন শনডাক ঊমলক্লে। মপুবোকী মভুং ইন্দুনা লৌ-শীং ঊবা য়াওরক্লে। অদুবু চীং অদু শা-ৈক কম্বনা মপুবোক্না মহাকপু নোংমতা চীংদা কাহনা শীং চলহন্দে। মমারবশিংনা চীংদা শীং চল্লাংশ হৌর অদুবু মপুবোক্না অমুক্না চংহন্দে। অদুবু খম্বতোন্না চংনিংবদি মহান। অমুম্না খম্বতোন নোংমা নোংমগী চাউরক্লে। অদুবু, ঙহাক শংবদা, চাক ভাইবদা মপুবোক্না রারী লিবদি তোকখে। কার গুম্বদসু মপুবোক্না মহৌশা কম্বকপা মথেক-মশান, পাইখু পাওবো কয়া হেকহেক তম্বীহনা মহাক ইবা পাবন্থ হের।

মপুবোক্না লিবা রারী খম্বতোন পুক্নং চঙনা তায়। করিগুম্বদা চিংনবা মতাংদা মপুবোক্না হংই: করিগুম্বদসু মপুবোক্না খরৈ য়েংলৈ। কৈগী রারী লিরকপা মতাংদা খম্বতোন্না মপুবোক্না হায়: "কৈনবু মী চারনে! কৈগ পুরকউ হাপ্লোকপিগেনে।" মাগী মখোনা ফবা বাহৈ তাবদা মপুবোক হৰাওই, মপুক্নংদা নোকচৈ। মপুবোক্না খম্বগী রারী লিনদা মহাকসু খম্বগুম কাউ ফানিংই, কৈ ফানংই। হনুমানগী রারী তারগা মহাকসু হনুমানগুম করিংই। চীংথোংদগী নুংঙ্গাও ফকতুনা হনুমানি খন্দুনা মমুম ফাওব পুরকই।

খম্বতোন চহি তরামরি মপুং ফারক্লে। মপুবোকী মভুং শাংহনা লৌ-শীং ঊবা য়াওরক্লে। করিগুম্বদা মপুবোক্না নাবা য়েকপা তঙ্গা ইস্ফাল কাখিবা মতমদা খম্বতোন মথন্তনা লৌ থোইবা লিংবা, ঊকায় তকপা, হাবেংবা, লৌ খাওবা, য়েবা-



"ইপুবোক, ঐ কৈদৌঙৈ চাউনি?"
"থুনা চাউনবা যাম্না চাউও।"

ওম্মী। অদুবু মপুবোক্না মহাকপু চৌংদা কাহনা শীং চৎলদি ময়াম্রে। মহাক্না মপুবোক্না মাবু কক্সিগীদমক্না চৌংদা চৎহল্লিবনো হংবদা মপুবোক্কী খঙলে— খম্বতোনগী মমাম্বা অহল অদু পুংকক চাওরকপা মতমদা নোংমা চৌংদা শীং চম্বা চৎপদা কৈনা চাহুনা শিখি। মথংদা মমাম্বা মাইমা অদুম্ব নোংমা মমাওব-শিংগা চৌংদা শীং-চম্বা চৎখিবদগী মকম মঙখিত্রে, অদুম্বক হম্মক-খিদ্রে। মচানিপা অনি কায়নবগী মৈচাক্না কাহৎলবা খম্বতোনগী মপা অদু থম্মোয় কায়দুনা শিখি। চহি ওন্দনা খম্বতোনগী মমা অদুম্ব খম্বতোন পোকপা মতুং হমমি তুবদা নোক্কাখি। মরম কয়া অসিদগী মপুবোক্না খম্বতোনবু চৌংদা কাহুনা শীং চম্বা মাম্নে হায়দুনা থিংবনি। মমাঙ্গা অনি শিখিবগী মুঙাইতবা মারীদু তাবদা খম্বতোন পুঙাইতবদি পোকই অদুবু মহাক অকিবদি পোক্কে। মপুবোক্কুম মতাকম্ব চৌংশাং নাপোম কয়া লান্দুনা চৎনিংই; চমলক্কী শা-কৈ কয়া থেংননিংই। নোংমা তাঙ্গা কংবদা চৌং অমুকং কোয়কুগে হায়বদি খম্বতোনগী অচেৎপা মাশক্কি।



# অনিশুবা

নোংমা থম্বজোনগী মপুবোক ইম্ফাল কাখি। চংলমদাইদা থম্বতোন্দা চংথোক্লম্মু য়ুমদা লেংদনা লৈরম্মু হায়না চীংগু-পাত্ত হাপ্পরগী। থম্বতোন শুমাংদা পৈয়া শিন্দুনা লৈ। থম্বহৌদনা মমাম্নবা অনিথক চীংদা শীং চল্লুশি হায়না হৌবা লাকই। ভাক্তা চারে থন্দুনা থম্বতোন য়ারে ময়ুমগী পোত্তাও হাইকেন্তুং ভাশিল্লম্নগা মখুক্তা শাংজো অমা পায়দুনা থম্বতোন থোরক্লে, মমাম্নবা অনিদুগা লোয়মনা চীং কাখে। চীং কাবা হৌরকপমক্তদা থম্বতোম্না লোকপদগী নিংজরকপা পুংলে থন্দুনা কয়াদা হরাও-জরমগবা।

শীক্রবা চীং লম্বেল অত্তুদা থম্বতোম্না মমাম্নবা অনিদুগী মাং-মান্দা চেনখংলি ; চোংই-ফলি। কবিগুম্বদা হমেং মচাগুম চোং-চোংদুনা চেল্লি। মহাক্তা ভৈরিবদু উবদা মমাম্নবা অনিদু নোকই। পোন্দগী নাম্বোয়রকপা চেক্লাগুম্বনি থন্দুনা শুংশিবীবা পোকই।

চীংথাও য়োরক্লবদা মখোয় অত্তম শীং চানবা হৌরকই। মমাম্নবা অনিনা শীং য়াল্লি। থম্বতোনস্থ অসুম শীং য়াল্লম্বদগী চীংদোন লোম্না অমুক্তং কানিংদুনা কাখংখি, মমাম্নবা অনি উংহৌদে, অদুম্মক শীং য়াল্লিবোই নিংই। চেম্না চেম্না কাখিবনা থম্বতোন মতোন য়োখে। চীংদোন্দগী য়েংথরকপদা মহাক্তা মাইকৈ থুদিং-মক্তা লৌবুক লমহাং, খুল কয়া ভাম্না উই। শত্তাইথেলদগী সহর ভম্না চংখিবা লম্বীদু পিঙ্ক্তা চুমথ্রিং উই। খুনগী য়ুমশিংদু শিঙ্কক পিঙ্কক অশাবগুম উই। থম্বতোম্না অসুম য়েংন-য়েংনা খল্লি :-- "মসিনা লম্বীনি, মসিনা ঐখোয়গী লৈবাক্কু, লৌখোংনা অসিদা লৈরে, ঐখোয় য়ুম্না অদৈদসিনি।" চীংখা-রোমদা অসুম য়েংলম্বদগী মহাক্তা চীংখাওলোমদা অমুক য়েংই,

চীংখঙ্গী অমুক য়েংই। চীংগী উজাও, উনা-বানা, ভাংলৈনবা চীংলৈবাক ময়ামচু উবদা খম্বতোন মপুক্লিংদা মুঙাইবা পোকই। অম্মুম চৎনিংবগী লীচিং অমনা মহাকপু পুখ্রে। খম্বতোন চীংগী উমংলঙ্গা চংখ্রে, অরাং পাংনা অম্মুম চৎখ্রে।

অসোমদা মমাম্নবা অনিনা খম্বতোন মখোয়' মনাক্তা লৈত্রে হায়বা খঙলক্রে। মমা হমা কৌরকই: "খম্বতোন···· খম্বতোন····" অদুবু খম্বতোনদি ডাবা লৈখিদ্রে। মমাম্নবা অনিনা খম্বতোনবু থিরকই। অমনা মাইকৈ অমদা, অমনা অতোপ্পা মাইকৈদা শীন্দোক্লুদুনা থিবা হৌরক্লে। অদুবু খম্বতোন থিবা ফংবা মরৈ-খিদ্রে। নুমিদাংবাইরম ওইরক্লে; নুমিৎ মমুম চৎখ্রে। মাইকৈ অনি শীন্দোক্লুদুনা থিরুবা মমাম্নবা অনি শীং য়ানকমদা উম্নরে। বা ডাংনদে; অনিমক মরু লুকথদুনা অরাবা ফোংদোক্লি। ময়ুমদা পাও তম্নবদা ওইবা ফিভমগীদমক খল্লবদা নুঙনাংই। নুঙাই-তবোই কিবোই শুং-শুং কপমিন্নি।

অমম-অঙান শিন্নবা অদুবাইদা মমাম্নবা অনি খম্বতোনগী য়ুমদা হল্লক্রে। মপুবোক্না খম্বতোনবু লাঙডক্লুনা ডাইরম্মী। মখোয় অনিনা কোম্লোং হেক কানশিনখিবমক্তদা কৌরকই: "খম্ব ···· ···· খম্বতোন।" মমাম্নব অনি বা ডাংদে, মপুবোকী মমাংদা মরু লুকথদুনা কাপতুনা লৈ। মপুবোক ভাব ভারে, খম্বতোন মাঙখ্রে। মপুবোক্না মমাম্নবা অনিদা কমদৌনা মাংখি-বনো হংই। মখোয় অনিনা খম্বতোন মাংখিবগী বারীচু চিথদনা লীরবদা মপুবোক লৈমায়দা দোম তুদুনা বাম্লখ্রে।

খম্বতোন মাংখিবগী পাও লৈকাই শিন্থুংনা শন্দোকখ্রে। লৈকাইগী মী অমমম অনি'নি হংবা লাকপনা খম্বতোনগী য়ুম ফিঙৌ ফৌখ্রে। লৈকাই ময়াম চৎদুনা পুং-ঝাল য়ৈদুনা খোইবুং

খোংফুনা চীংখোন খোম্মা মম্বোনবু খিরে। আজুবু ডবখোন খিবা ফংবা খরৈখিত্রে। নৌগ্যাই কাওবা পুং-বাদ মৈফুনা খিবদা ফংত্রবদা মীয়ামন্থু হন্নক্রে। খম্বোনগীদমক ফুংগাইত-ফুংগাইতনা মীয়াম পুমুমক মযুম মযুম হগখে।

---

# অহুমশুবা

খম্বতোন্না নুমিৎচুপ্পহুমা চীংনুংদা কোয়রে। মহাক্না করিগুম্বদা লুরবা চীংচেপতা কুম্মী; করিগুম্বদা ঙম্রবা চীংদোন্দা কায়। অমুকন্সু য়াংলবা উক্তাও মতোল লোয়্না কায়; গুক্রবা চীংনুংদা চঙতুনা য়েংই। অম্সুম কোয়চৎ চৎলম্বদগী নুমিৎ তারক্লে। নিংথৌমথাগা ওইবনা অহিংবা ফাওরক্লে। য়ুমদা হল্লগে খন্দুনা খম্বতোন মমায় ওল্লক্লে। অদুবু চীংগী লম্বীদু মহাক থঙদবনা য়ুম য়েৌবা লৈখিদ্রে। অকোকপা চীংলম্বী মচা অমা ফাওবা থেংনদ্রে। উমং মরক, শীংনাং মরক, ই মরক, লোকচপ-লোকখা কয়া লান্দুনা চৎলি। অম্সুম মফম থঙদনা চৎপনা নোংয়াই য়েৌরক্লে। নোংদোলদগী তারকপা লিক্লানা মশাদা শেৎলি-ইল্লিবা ফিরোল পুম্নপ লুপখ্রে; খম্বতোন ঈংবনা থক-থক নিকখ্রে। চীং ওইবনা লিরি-লিরি শিৎলকপা মুংশিংনা লিক্লা য়ৈরবা মফিদা য়ৈবদা অমুকন্সু হেন্না ঈংখ্রে। অদুবু খম্বতোন চৎপা লেপদ্রে; অম্সুম চৎলি, অম্সুম অম্সুম চৎলি।

থাশিরমদাই অহিংনি। নোংঙাল্লমদাই মতমদা নোংপোক-লোমদগী ইরোই মচৌ শানা পীক্লবা থা মচেৎ অমা থোরক্লে। মতম অদুতদা খম্বতোন্না মহাক্না চৎলিবা মাইকৈ অদু ওন্নরে হায়বা খঙলক্লে। মহাক্না মাইকৈ ওন্না অমুক চৎপা হৌরক্লে। থাগী মঙালনা মাগী খোঙফম অদু খরা-খরদি উই হায়রবু অশেংবা লম্বীদি অমত্তা থেংনদ্রে। ই, শীংনাং, উনা-য়ানা কয়া মখুৎনা হাইদোক হাইদোকতুনা চৎলি। করিগুম্বা শা-কৈনচিংবা থেংনররবদি খম্বতোন খুদোং চাদবা থোক্লম্বা য়াবনি। অদুবু মঙোন্দা অসিগুম্বা মখলগী অকিবদি অমত্তা পোক্তে। মহাক্কী অৱাবা হায়রবু উন ওল্লবা লিক্লাশিংনা মশাদা থেংলবা অদুতনি।

নোংঙাল্লমদাই মতমনি। খম্বতোম্না শুক্রবা লোকচপ অমদা অহুম চংলম্বদগী মমাংমক্তদা চাওরবা শুরুং অমা উরে। থাশি-রমদাইদগী থা অহুগী মঙালনা ঽৈরবদা শুরুং অহু শেংফাক্তনা উই। শুরুংগী মনূং অহু য়েংশিনখিবদা পুম্নম মম্মী। শুরুং অহু উবমক্তদা খম্বতোন মপুবোক্না লৌখিবা ৱারী অমা থংনিঙ-নিংশিংলকই। মপুবোক্না হায়খি: "মসিদগী চীংদোল মঙা লাল্লগা অসোম শংবা চীংমায়দা, মমাংঙৈদা, শুক্রবা লোকচপ অমা লৈরম্মী হায়নৈ। শুরুং অহুদগী চাওরবা হিংচাবা অমা মুমিদাংদা হেক হেক থোরক্লগা অকোয়বা চীং অমদি ভম্পাক্লা লৈব্রবা শা-শল অমদি মী কয়া ফা-ফাহুনা পুখি। হিংচাবা অহু কিবদগী নক্রবা ভম্পাক অমদি চীংশাংদা খুন্দারম্বা মী পুম্নমক খুন হোংহুনা চেন্নখি। চারোল-শুরোল কয়াগী মতুংদসু ঙসি ফাওবা মী অমত্তা মফম অহুদা চংনদে। উ-রা কয়া হৌজরবসু মফমহু মী ভাদবা লৈকংলাগুম লৈরি।"

খম্বতোম্না থেংনরিবা শুরুং অহুমক্তি খনপ্রে। অহু ওইর-বদি মহাক মযুমদগী য়াম্না লাপ্না লাক্লে, অহিং হনবা ঙম্নরোই হায়না খনপ্রে। ঈংলবা অহিং অহুদং নোংঙাল্লিবা ফাওবা শুরুং অহুগী মনুংদা লেনথ্রগে হায়না লেপপ্রে। অহুবু করিগুম্না, মমাংঙৈদা লৈরম্মী হায়না ৱারীনরিবা হিংচাবা অহু থেংনগদ্রা হায়বগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোকই অহুবু খম্বতোন থোইনা কিবদি পোক্লে। হিংচাবহু অহিংদত্তা মপাল থোরকতুনা মচৌঙ্গাক খিবা চংল্লি হায়বনিনা অহিং অহুদা শুরুং অহুদা লৈরমলোই অহুনা অহিংহুমা লেল্লগা নোংঙাল্লিদ্রৈঙে হিংচাবহুনা মযুম হুংম্ললক্তিদ্রৈঙে চংখিগে হায়না লেপলে। ঈংলবা অহিং অহুদা চিংশিন্দুনা শি-গদবগী শরুকপুদি শুরুং অহুদা অহিংহুমা লেল্লগা থোক্লবা য়াবা কয়া মাইরোং য়ারগে হায়না খম্বতোন চপ যুংনা লেপলে। মহাক শুরুং মনুংদা চঙপ্রে।

---

# মরিশুবা

শুরুং অহু পুশ্নম মপ্পী। খম্বতোন মা মাহুনা চঙই। করি-শুম্বদা নুংদা খুদি থীজিল্লি, করিশুম্বদা শুরুংগী ফক্লাংদা থেংজিল্লি। মমখিবনা মশা মতোমতা কাওবা উজবা ফংদে। মহাক্না খল্লিঃ "[illegible] অস্থুক মম্বা মকমস্থু লৈবোইরেকো! ফরে, ঙসিদি ওহোক ওহোকপা থেংনরেদা!"

শুরুং মনুংদনা ঈংবা খরা ফগত্রা খল্লম্বনি; অদুবু চৌং-মায়দা শীংপা মুংশিং অহু শুরুং মনুংদা কয়া-কয়া হুমজিল্লকপদা ডন মহী চেনশিল্লক্রবোই নীংই। খরা য়াম্না চঙশিল্লগা ঈংবা খরা ফগত্রা থন্দুনা অস্থুম মা-মাহুনা চঙবনা খোঙকাপ চনিরোম চঙখ্রে। খরা চঙশিম্বদা শুরুংগী লৈমায় অহু লোইরোয়-লোইরোয় ওমথখি। অস্থুম চঙশিম্বদা অনানবা খোঙকম অমা থেংনৈ। খোঙকম অদুদা খম্বতোন নাম্থ্রে। অমম্বা অদুদা মথুং পায়-কমস্থু খঙদবনা খাম্বা ওমহৌদবদগী মহাক থরো থরো ওম্বরে। মহাক কয়াম শাংনা ওম্থখ্রবগে খঙকৌদে, ঈরোই লোইবদা শুরুংগী ফক্লাংদা য়ৈশিন্দুনা খম্বতোন জ্ঞান য়াওদনা উতুপ তাবগুম তাহুনা লৈখ্রে। কয়াম কুইনা য়াম্থক্রবগে মহাক খঙদে, মহাক্না জ্ঞান তারকপা মতমদা মহাক পুশ্নম মম্মা মকম অমদা হিপতুনা লৈরম্মী। মহাক্না ফুক হৌগংলগা চংকে হোংনৈ অদুবু কদোমদা চংকদগে মহাক মাইকৈ খঙদ্রে। মহাক্না লেপলিবা মফম অদুদগী য়েং-লোম থংবদা ভিং-কাঙ, কৌজেং-হারৌগুম্বা খোংবা মখোল তারকই। মাইকৈ অহু শুরুংগী মপাল ওইরম্বা তাই থন্দুনা মহাক মাইকৈ অদোম পাংনা খোঙ থাংবা কৌরক্লে। অদুবু অমম্বা অদুদা মহাক খোঙথাং অনিশুনা থাংবা ওমদ্রে, ফমথরগা

মা মাহুনা চংলক্লে। অসূম মা-মাহুনা লাকপনা খোঙথাং চামা-চনি থাংজিল্লক্লে। মতম অহুদা খম্বতোনগী কোকতোন্দা, শুরুংগী মথুকথংবা ফক্লাংদা শেকপী অমথক য়াক্লা খোংলগা পাইথোকখি। খম্বতোন থংগ্রেক থংই, কোকতোনগী মশম চপ-চপ য়ুংই। অহুবু মহাক খোইনদি খল্লুদে। মহাক্না অমম্বা অহুদা মমিং পাঙ-থোক্কুনা কোয়য়েং য়েংই। শেকপীনা খোংহুনা পাইথোকখিবা মাইকৈ অদোমদা মঙাল অমা উই। মহাক্না খল্লি: "ও, নোং-তাল্লেদনা উখিবা অঙানবা অদি খোয়মনা [illegible] অপালথংবা শরুক অমনি। মসোমদা হেক্তা থোকহৌরগে। নোংগী [illegible] হিংচাবহু হল্লকপা য়াই।" অসুম্না খল্লহুনা খম্বতোম্না খোঙকাপ ল্লাওনা থাংহুনা মঙাল উখিবা মাইকৈ অদোমদা চঙশিনখে। অসূম চঙশিল্লি, অহুবু মফমহু পাক হেক য়োদে। অসুম খরা খরা চঙশিল্লকপনা মঙাল অহু অসূম নকশিল্লক্কুনা মহাক্না চংলিবা লম্বীহু খরা-খরা উরক্লে। মহাক্না খোঙলৈ থুনা চঙশিনবদা মখোঙহু খুদি থীহুনা তুশিল্লি। করিনো খুদি থীরিবহু হায়না য়েংবদা মীগী কোকী শরু মাল্লি। মফমহুদগী মাঙলোমদা অসুম মাঙলোমদা য়েংখিবদা মীগী শরু পোলাং, খোঙ-খুংকী শরু অমদি কোকী শরুনা পীক থম্না লৈখি। খম্বতোম্না অঙাম্বা মাইকৈহু ভয়্না শরু-শায়াঙশিংহু কান কান্দুনা রানা চংলি। অসুম চঙ-শিল্লগা মঙাল অহু অসূম নকশিল্লক্লে, মমাংমকুদা অঙানবহু লৈরে। অহুবু শুরুংগী থোঙদি ওইরমদ্রে। শুরুংগী ফক্লাংগী ময়ায়রাইদা নপশিন্দুনা লৈবা লংলবা পোংশক অমা ওইরমলে। অশেংবুমক মহু চাওরবা মনিমুক্তা অমনি। মহুগী মঙালনা শুরুং অহু পুমঙান ঙানবনি। শুরুং অহুগী অরোনবা কয়াহু খঙ-নিংহুনা খম্বতোম্না শুরুং অহুগী থক-খা মুম্না য়েংবা হৌরকই। শুরুংগী মথক থংবা ফক্লাং অহু কল্ল-কল্লবা চীংগী নুং অমদি চীংলৈবাক ঙাক্তা ওইনা তৌই। মথক অহুদম্থু মরক মরক্তা

থবানমিচাক্লুম অরংবা মচা মচা উই। খম্বতোম্না খল্লিঃ "মসিস্থ মনিমুক্তা ভাক্লনি।"

শুরুং অহু মিরাংনা পিক থল্লি। মচী মচীদস্থ চাউর-চাউরবা মিরাং থাকপা উই। মহাক্না চংশিন্দুনা য়েংবদা চাউ-চাউরবা মি কয়ানা লাং অহুদা থুরবা মচিঞ্জাক ভাইহুনা লৈবা উই। ফক্লাং অমদি মথক্কুস্থ চাউরবা শেকপি কয়া নপ নপ-তুনা লৈ। খম্বতোনবু উবদা লাউনা খোংহুনা পাইথোকখি। খম্বতোম্না শুরুং অহু খমথেংনা চঙহুনা য়েংনিংই; অস্থম চঙ-শিল্লি। চঙশিল্লিবা মতিক অঙানবহু খরা খরা অস্থম মাঙখি। অহুবু শুরুংগী নাক য়েংতা মচী মচীদা তগুপ তরেং ভাল্লিবা মনি-মুক্তা মচা মচাশিং অহুনা খর খরদি উবা ফংই। অস্থম চঙ-শিল্লগা শুরুংগী লম্বীহু অনিথোক্লা চঙখি; য়েংলোমদা অমা ওইরোমদা অমা। খম্বতোম্না ওইরোম থংবহু হাইফেং য়েংশিল্লম্নগা য়েংথংবা শুরুংগী পরিংদা চঙপ্রে। লাপতক্লা অঙানবা অমস্থ উই। হন্দকমুক্তি শুরুংগী মপালথোঙ ওইরম্বা য়াই খন্দুনা খম্ব-তোন খোঙথাং কম্না থাংজিল্লি। মফমহু য়ৌবা মতমদদি হাম্নগী অহুদগী হেম্না চাউবা হেম্না ভানবা মনিমুক্তা অমগী মঙাল ওই-রমলে। মমাঙলোমদা য়েংশিনখিবদা চাউরবা শরু পোলাং অমা অঙানবহুদা তরং-তরং উই। খম্বতোম্না মখোঙদগী মকোকফাওবা চক্লুনা য়েংই; খোঙকাপ কুম্থ্রা চপ চানা চঙই। মহাক্না মুম্না য়েংবদা মী অচৌবা অমগী শরু পোলাংনি হায়বা খঙলে। মকোক্কী শরুহু খম্বতোনগী থজীনমুক বাংই। মপাম্মোমগী শরুহু অমমম্না রায় মরিরোম কোল্লি। খম্বতোম্না খল্লিঃ "ঐখোয় ইপু-বোক্লা মমাংগৈদা শুরুং অমদা হিংচাবা লৈরম্মী হায়বসিদি শা-জিনবা রারী নত্তেদনা, চাম্রনা লৈরম্মাজাংনিদনা। ভসায়গী শরু পোলাং মচা মচাশিংহু হিংচাবা অসিনা চাবগী মরুময়া ওইরম্বা ভারেগ হিংচাবা অসিদি শিবা কুইরবা জাংনি। অহুবু মাগী

মচা মশুকাতি লৈরম্মখিগদ্রা !"

অসুম খন্না খন্না খম্বতোন শুরুংগী পরিংদা চঙশিল্লক্লে। খরা চংলগদি শুরুংহু পুম্মম মমগ্রে। খম্বতোন্না অমুক হল্লগা ঙাল্লিবা মনিমুক্তাহু তাপ হেক পায়। অহুবু মনিমুক্তাহু চাংগী নুংদা নুপাশিন্দুনা লৈবা ওইবনা হেক লৌথোকপা ঙমদ্রে। মহাক্না ফনা কয়া ফকত্তোকপা হোংলৈ অহুবু য়াদ্রে। মখুংনা ফকত্তোকপা ঙমদ্রবদা মহাক্না শাং চনবা থোরকপদা থাংজৌ অমা পায়রক্ক খিবহু নাংশিংলুকই। অহুবু হৌজিক্কি মহু মখুক্তা পায়রক্লে। মহাক্না অসুম নাংশিংবদা অহানবা শুরুং চঙলকপা মতমহু কাও-বদি মহাক থাংজৌহু পায়রম্মী। খম্বতোন নাংশিংলক্লে মহাক্না শুরুংগী মচান্দগী ওন্থরকতুনা হৈহাক হাম্বহুনা লৈরুবা মফম অহুদা থাংজৌহু শোয়দনা তাহৌরম্বা তারে। অহুদি মনিমুক্তাহু কমদৌনা ফকত্তোক্কনি ? খুংনা ফকত্তোকপা ঙমদ্রবহুদা খম্বতোন্না হান্না শুরুংগী মচান্দা থেংনখিবা অঙানবা মনিমুক্তাহু কৌগে খন্দুনা লাকই ; অহুবু শুরুংগী লম্বীহু মফাং-মফাংবনা মফম অমত্তা খঙদ্রে। ফম্না হোংলহুনম্বু হান্নগী মফমহু য়োবা ঙমদ্রে।

খম্বতোন মমায় ওন্দুনা অমুক চংগ্রে। হন্দকমুক্তা শুরুংগী লম্বী অমরোমদা অমুক চংগ্রে। হিংচাবগী শরু পোল্লাং অমদি ঙালহৌবা মনিমুক্তা অমত্তম্বু থেংনদ্রে। অম্বম্বা শুরুংহুদা মা-মাহ্নুনা অসুম চংলি, অহুবু হান্নগী মঙাল অনিমক্ক অমত্তম্বু থিবা ফংদ্রে। খম্বতোন্না মমায় ওন্দুনা অমুকম্বু হল্লকই কান্নদ্রে, অমুকম্বু চঙশিল্লি থেংনদ্রে। থোক্লবা অমা লাক্কনি খন্দুনা মহাক অমম্বা শুরুং অহুগী পরিংদা চঙশিল্লি। করিগুম্বদা ফক্লাংদা থেং-জিল্লি, করিগুম্বদনা খুদি থীহুনা তুশিল্লি। অহুবু মহাক চঙ-শিনবদি লেপতে।

অম্বুম্বা খম্বতোন্না অমম্বা শুরুংহুগী মনুংদা মা মাহ্নুনা চংপদা নুমিৎ তরামঙানি হৌগ্রে। অহুবু খম্বতোন্দী মহাক্না শুরুং চঙখিরা

অহিংহ্ লোইদ্রি খন্দুনা নোংঙাল্লকপগী অদ্বাইদা শুরুংগী মপাল থোকখিনবগীদমক মহাক লেপজনা চংলি।

অসোমদা খম্বভোনগী মপুবোক্না খম্বভোনবু থিবা ফংদ্রবদা পাঙ্গোংনা মহাক্না হকচাং মহূংশিন্দুনা পোংলোয়গ্রে। খম্বভোনগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইখ্রে; মহাক অমুক হল্লকখিগনি হায়বা কনানস্ম থাজনদ্রে।

শুরুংদা খম্বভোন নুমিৎ কয়ানিমুক চংলক্লবদা অরাম থৌরাং পোকলক্রে। নুমিৎ কয়া মিংশেল থাঙলকপনা মমিৎ অহুবু পাঙবা ঙমশিল্লক্রে। মহাক মখা তানা চংপা ঙম্লক্রদুনা অমম্বা শুরুংগী লৈমায়হুদা ফমথরে। মহাক্না খল্লকই: "ঙরাং অমুক ইপুবোক্না ইম্ফাল কারমদাইদা ইপুবোক্না চাকঙন চামিন্নরকপনি। ঙরাং নুমিদাংচুপ্পা অমা চৌংদা চংলিঙৈদা চাক চাবা ফংদ্রে; অহিংচুপ্পস্ম শুরুং মনুংদা তুমদনা চত্তুনা লৈরে। অহুনা ওইবা তারে ঐ য়াম্না চোকথরে। চাক লাম্বনস্ম শিগদোরে, তুম্মিংবনস্ম ঙাওরে। ইশ! ইপুবোক্না ঐবু অহিং হল্লক্কে হায়দুনা ৱারম্বা তারে। হয়েংদি নোং হেক ঙানবগা ঐ য়ুম য়োদবা য়াদে।" খম্বভোম্না অস্থুম খন্না খন্না তুমথোকপ্রে। মহাক কয়াম কুইনা তুমলুরবগে হায়বহু মহাক খঙদে। কুইনা তুমজবগী ৱাবগী চাদবগী চোকথবনে, মন্নবা শুরুং অহুদা মঙালস্ম অমত্তা উদবনা মহাক নুমিৎ তরামঙা-িরোম মিকপ থোক্তনা তুমলুরে। তুম্মি-ঙৈদা মঙ অমা মঙলম্মী। মঙ অহুদা মহাক শুরুং মনুংদা অহুম্মক লৈরম্মী। শুরুং অহুদগী মপাল থোক্লবা হোংনরম্মী অহুবু মপালহু থিবা খঙলমদে। খঙহৌদনা চোংখোংবগুম ঙংবা খোঙেল্ল অমা তারম্মী। মহাক্না মুমা তাবদা খোঙেল অহুনা হায়রকই: "ঐগী শুরুংদা লৈরিবা নুপামচা নঙ কনাণো?" খম্বভোম্না খুম্মী: "ঐ খম্বভোম্নী"। শীং চনবা লাকপদগী শুরুং অসিদা চঙলকপনি।

ঐ থোকফম খঙদহুনা লম্থাংনরে। অদোমদি কনা ওইবীরবনো ? ঐগী লম্বী অমুক্তা ভাকপিয়ুবা।"

ঐ শুরুং অসিদা লৈরম্বা হিংচাবগী আত্মানি। ঐ চহি চা কয়া শুরুং অসিদা লৈরক্লবনি। শুরুং অসিদা ঐনা হেক লৈরকপদগী ঙসি ফাওবদা অহীংবা জিব অমত্তা চঙলক্তি। অহুবু ঙসি নঙনা থৌনা ফনা শুরুং অসিদা চঙলকপগীদমক ঐ নঙোন্দা ভেংবাংগনি।

"অহুদি ঐবু শুরুংগী মপাল্লোমদা পূবীয়ু য়ুম য়ৌজবা ঙম্নবা।"

"অহুবু অঙাং ঐদি আত্মাভনি। ঙসিদগী চহি চাম্বগী মমাংদা ঐ শিগ্রবনি। ঐগী থম্বাই য়াওদ্রবা হকচাং অহু শুরুং অসিগী মফম অমদা লৈবনি।"

"মহু ঐ উজরক্লে।"

"নঙনা শুরুং অসিদা চঙলকপা অহানবা তাইবং-মী ওইনা নঙোন্দা উপাই অমা ভাকপিগে। চংলু ঐগী শক্ল পোলাং অহুদগী শক্ল মচেং অমভং পূত্থনা হজ্জগ্রবদি নহাক পৃথিবীগী মহুংদা থ্বাইদগী ইনাক খুনবা মী ওইজবা ঙমগনি।"

"অহুবু ঐদি ইনাক কৈরাক খুনবা থোইনা পামজদে। ঐবু শুরুংদগী মপাল থোকখিনবা লম্বী ভাকপীয়ু।"

"ঐগী শুরুং অসিদা চঙলক্লগা হিংনা হনখিবা হায়বসি ওইথোক্লবনি। অহুবু ফরে, ঐ নঙোন্দা লম্বী ভাকপিগে ভু য়েংঙু আদা মঙাল অমা লৈরিবসি উত্রা ?

— "উজরে।"

—"মাইকৈ অসোমদা চংলু। শুরুংদগী মপাল থোকপা ঙমগনি।"

খম্বতোন মীকপ খঙথোক থোকই। মমঙদা ভাক্লমবা মাইকৈ অদোমদা য়েংবদা মঙাল অহু ভশেংনা উরে। মহাক ফুক হৌগংলি। মশা চোকথবদি খম্না ফরে অহুবু অরাম থৌম্নাংবদি হেমা হেম্না

ফাওই। মহাক্না মঙাল উবা যাইকৈদু ভম্না চেনশিল্লী। শুরুংগী মপাল ভুইরবোয় নীংই। অদুবু হায়গীদগী হেন্না চাউবা মনি-মুক্তা অমা লৈমায়দা তাদুনা লৈরম্বা ওইরমলে। খম্বতোম্না মনিমুক্তাদু লৌগে হায়দুনা হেক চেনশিল্লি। মনিমুক্তাদু য়োৌগদবা খোঙকাপ মঙাবোম রাংলিঙৈদা মহাক্না মখোঙ অনিমক খুড য়োৌনা পুথক্রে। মহাক্না কাখৎনবা মখোঙ নাপ্না ফুকপা লাক্লে অদুবু মখোঙ অমদু হেন্না পুথখি। অতোপপা মখোঙদু যুকপা লাক্লবদা মখোঙ নাপ্না অমমুক হেন্না পুথখি। অস্তুন্না মহাক্না কাখৎনবা হোৎনরিবগী মতিক অস্তম হেন্না হেন্না পুথক্রে; মমৈথংদদি মখোঙ য়োৌনা পুথক্রে। মতম অদুদা খম্বতোম্না মপুবোক্না লীখিবা য়াব্রী অমা নীংশিংলকই মপুবোক্না হায়খি: "চৌং-মান মরস্না করি-গুম্বা ঈকং কংবা অদুবু লৈখোমগুম্না হোপ-হোপ লাউবা মফমসু থেংলৈ। মফমদু লমথুংদবী হায়না খঙলৈ। কনাগুম্বনা মফমদুদা পুথক্রবদি অরেঙ-অরেঙ থুদিংগী পুথদুনা মশা অপুম্বা লৈনুংদা চঙখিদুনা শি। কল্লবা শা-কৈ অমদি শমূ ফাওবা মদুদা পুথ-ক্রবদি ফিংবগী আশা লৈত্রে।"

মহাক্না তারিবদু মপুবোক্না হাযখিবা লমথুংদবী অদুগুম্বা মফম অমনি হায়না খম্বতোম্না খনক্রে। লে লিবমথৈ পুথখিগনি খল্লদুনা মহাক তু্মিন্না লৈখোক্লে। লেঙবা য়াদনা মহাক মতম কুইনা লৈরে। অস্নুম্না নুমিৎ নিনিরোম মহাক রাম্ফগদৌরে। মহাক্না অমুক্তংদি কাখৎনবা হোৎনগে খল্লদুনা মখোঙ ফুকপা লাক্লরমই। অদুবু ওস্তোকপনি, হন্দকমুক্তি মহাক মথবাক য়োৌনা পুথক্রে। খম্বতোন লৈনুংদা পুথদুনা শোয়দনা শিরগনি হায়না লেপলে। মমুমদা লৈহৌবা মপুবোকপু নিঙশিংদুনা মহাক কপ্পা হৌরক্লে। লৈহাক কপলুরগা করিসু কাম্নবা ফংক্রবদা খম্বতোন কাখৎপা ঙম্নবা উপায় খনবা হৌরকই। ঙাল্লিবা মনি-মুক্তা মানা পুথরিবা মফমদুগী খোঙকাপ মদি-মঙাতা ঙান্নবা

মকমদা লৈবনা গুরুং অহুগী অকোয়বা শরুক খরদি ভুপ্পং-ভপেংনা উবা ফংই। মহাক্না পুথরিবা মকম অহুগী নাক-য়েত্তা য়েংবা হৌরকই। লাইনা তম্বগুম্বদনা নাক য়েত্তা লৈরিবা গুরুংগী ফক্লাং অহুদা মুঙ কয়া ফক্লাংদগী হেন্দোক-হেন্দোক্তুনা লৈবা উই। খম্বতোন কাখংপা ওম্না য়াই হায়বগী বাখলম্না খজিক্তুং মুণ্ডাইবা পোকই। মহাক্না লেংদনা মথুং ভিংখোক্তুনা হায়রেং লায়গা মচেক নাইরপ তৌবা মুঙ অমদা ভাপ পায়রগা মশা অহু চিংখংলি। মথবাক কাওবা পুথরুববা মশাহু ইরায় লায়না চিংখংলে, অহুগা ফক্লাং অহুদা নপ-নপতুনা খোঙকাপ মরি মস্তারোম য়াম্না বানা চংলে। মনিমুক্তা আহুনা লৈরিবা মকম অহুবাইদা মহাক্না ফক্লাংদগী কুমথগে খনবদা মহাক চিংনবা পোকই- অমুকম্ব পুথখিগম্রা খন্দুনা। অহুবু করিগুম্বা পুথবা তারখম্ব কাখংনবগী পাম্বে ইরায় লায়না লৈরবনা খম্বতোন খোইনা চিংনবা পোক্তে। মহাক্না তপ্পা কুমথৈ। অহানবদা মখোঙ ওয়থংবহু তপ্পা থাংথরগা লৈমায়দা নম নমতুনা য়েংই। পুথরে খওলবদা মখোঙ য়েংখংবহু তপ্পা থাংথত্নুনা লেপ্পী। তপ্লি তপ্লি মখোঙহু থাংজিল্লগা মহাক্না মনিহু ভাপ হেক পায়। করিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্লবা য়াত্রা হায়তুনা গুরুংগী অকোয়বা থক-খা মুমা য়েংই। ঙৈহাক খোংফম হোংদনা লেপতুনা য়েংলবা মতুংদা খম্বতোন মমাংলোমদা তপ্পা তপ্পা খোঙ থাংবা হৌরে। করিগুম্ব পুথত্রবদা খর কয়া মখোঙ থাংবা হৌরকলে। কুইনা করিমত্ত চায়ত্তবনা খম্বতোন চাক লাম্বনা চরী তংলে। অহুবু মহাক্ন অকনবা অমগুম লেপ্পা অমদি চংপা ওয়িবহু মহাক্না গুরুং মনুংদ লৈরিবা অসি অহিং অমথক্তনি হায়বা বাখল অহুননি। অহু ভপেংবমক্তি মহাক্না গুরুং মনুংদা লৈরক্লিবা অসি মুমিং,কুমি রোম গুরক্রবনি। মুমিং কুমিরোম অসি করিমতা চাবা-থকং তৌত্রবদা করি ওইফম খোকপগে ?



"···· কনাগুম্বনা মফমদুদা পুথপ্রবদি অরেঙ অরেঙ খুদিংগী পুথহুনা মশা অপুম্বা লৈমুংদা চঙখিহুনা শি। কল্লবা শা·কৈ অমদি শমু ফাওবা মদুদা পুথপ্রবদি হিংবগী আশা লৈত্রে।"

খম্বতোন মনি অহু মখুত্তা পূহুনা অস্থম চংপনা শুরুং অহু পুমঙাল ঙাল্লি। মতম খর চংলগা চাউরবা শুরুংগী শঙলেন অমথক থেংনরে। শঙলেন অহুগী মথক থংবা শরুক অহু য়াম্না রাংই। মহাক্না মথক্তা য়েংখংপদা চৌংগী লৈবাক অমদি নুঙজাও ঙাক্তনি হায়বা খঙলে। নাক-য়েংকী ফক্লাং অহুবু শঙলেন অমগুম অহুম্মক চাউই। শঙলেন অহুগী মত্তাই ওইরপনা খাংজাও অমা লৈ। খাংজাও অহু লৈরঙগুম্না অমগী মথক্তা থাঙ্গংতুনা লৈ। মনাক্তা চাউর-চাউরবা য়োংচৈ কয়াম্থু ভাতুনা লৈবা উই। য়োংচৈ-শিংহু য়োংশিঙোংকী মওং মাল্লি। কা অহুগী অতোপ্পা মত্তাই অমদনা চৌংগী লৈবাক্তনা লোংগংতুনা শেম্লবা ফমুংগী মওং মানবা ফম্নাক অমা লৈ। মনাকমক্তদা নূঙোগী চাওরবা মিংশেল অমম্থু খিল্লি। খম্বতোন্না অস্থম কোয়না য়েংনা য়েংনা খল্লী : "মসি শোয়দনমক হিংচাবা 'অহুগী তুম্ফম কা ওইরমগনি। মসিনা মাগী ফমুং, মসিনা লৈরঙ, মসিনা মী ঙোনবা খাংজাও, মসিনা মী লৌনবা য়োংশিঙোং .... .... ।"

লৈরঙগা খাংজাওগা লৈবা মত্তাই অহুগী মনুং হজিন্না কা অমম্থু লৈ। খম্বতোন্না চংশিন্দুনা য়োবদা শরু ঙারু ঙাক্তা পীক থম্না লৈ। কা অহু মিরাংঙাক্তা ঙায়রে ; লৈরঙম্থু, খাংজাওম্থু মিরাংগী মিরাংঙাক্তা ঙায়রে। কা অসি মতম কুইনা শিজিন্নরক্তে হায়না খম্বতোম্বা খল্লি। ফম্নাক অহুগী মনাক্তা খিল্লিবা নূঙো অহুদা চঙশিন্দুনা য়েংবদা মহাক্কী মশা 'পুম্বা উই। মহাক্না মমায় অমদি মশা 'পুম্বা নাম্দুনা য়েংই ; খল্লী, মহাক ময়াঙ কংলে।

হিংচাবগী কা অহুগা হেক থংনবদা শুরুংগী থোঙ অমা পাল্লি। খম্বতোম্না চেপথহুনা য়েংশিনখিবদা কাহু পূম্মম মম্মী। মহাক্না চঙহুনা য়েংই। মখুত্তা পায়রিবা মনি অহুগী মঙালনা কা অহু পুমঙাল ঙাল্লী। কা অহম্থু ফনা চাংই। ময়াম্ব

ওইরপ্না হাইকেং চাউবা পুখ্রি অযম্ব লৈ। ঈশিং অচু য়াম্না লুয় ; চৌংগী ঈফুৎ ওইরমগনি হায়না খম্বতোম্না খল্লী। মহাক্না অরাম খোৌরাং কোক্লবা ঈশিং অচু থক্তে খল্লী ; অচুবু করিগুম্বা ঈশিং অচু থকপা য়াদবা ওইরমচুনা খুদোংথিবা থোক্কত্রা হায়না মওল মওল খল্লী। মহাক্না ঈশিং অচু অপুম কোয়না চঙ্না য়েংবদা চাউর-চাউরবা ঙমু, ঙক্রো অমদি পোরোম চা-চাচুনা লৈবা উই। খম্বতোম্না খল্লী : "ঙা লৈবা য়াবনীনা ঈশিং অসি শোয়দনা থকপা য়াররমগনি।" খম্বতোম্না অমুক ঙাইথবা তোৌদনা কুপ্পচুনা ঈশিং খুজোক মঙা-তরা থকচৌরে। মপুক্তা করিগুম্বা খর তারবদা অরাম-খোৌরাং খর কোক্লে। ঙৈহাক পোথাগে খন্দুনা খম্বতোম্না থংনবা কাদা হিংচাবগী ফম্বাক অচুদা কিপ্লী। অচুবু মহাক চাক লাম্বনা তুমথবা ঙম্রমদে। মহাক্না করি চারগা হিংগদগে খন্দুনা অপুম লৈরিঙৈদা ঙসায়গী পুখ্রি অচুদা লৈহোৌবা ঙাশিং অচু নীংশিংলকই। খম্বতোন ফুক হোৌংলি ; পুখ্রি লৈবা থংনবা কা অচুদা চঙশিল্লী। পুখ্রি অচুগী মপান্দা মনি অচু থম্লগা মহাক্না ঈশিংদা চারিবা ঙা অচু ফাগে হোৌংলৈ। অঙকপনি ! ঙাশিং অদো ইরায় লায়না হেক্লো ফাবা য়াই। চারিবা ঙা-শিংচু খম্বতোনগী মখুৎনা পায়বদা শুকলেঙ লেঙদে। মহাক্না ঙা মরি-মঙা ফারে অচুগা মনি অচু পুরগা হান্নগী হিংচাবগী কা অচুদা লাক্লে। মহাক্না খল্লী : "ঙাদি ফারে, অচুবু কম-দোৌনা চানি। মৈস্তু অমতা লৈত্তে কমদোৌনা থোংগনি। ফরে, হিংনা হেক্লা চাবা তারে। হিংচাবতা নত্তে হিংনা চাবা ঙসিদি ঐস্তু ঙা অহিংবা চাবা তারেদনা।" অস্তুম্না খন্দুনা খম্বতোম্না ঙা অচু হিংনা চাবা হোৌরকই। অহানবা চৌকপদা খর হঙোইবা পোকই অচুবু হিংনবগীদমক্তনি খন্দুনা মমিৎ-মনা উইশিন্দুনা ঙা অমদি লোইনা চাথোকলে। ঙা মপুম অমা চাবা লোইরবদা মহাক চানিঙদবা পোক্লকই। অচুবু অরাম্বা কোক্লবা অমদি



"মসি শোয়দনমক হিংচাবা অহুগী তুম্ফম কা ওইরমগনি। মসিনা মাগী ফমুং, মসিনা লৈরঙ, মসিনা মী ঙৌনবা খাংজাও, মসিনা মী লৌনবা য়োংশিঙোং .... .... !"

হিংনবগীদমক চাদবদি য়াদে খন্দুনা মহাক ঙা মরি-মঙামক লোয়না চাথোকলে। অহ্নদগী অমুক পুক্রিত্তুদা লাক্লগা ঈশিং খুজোক মরি-মঙা অমগা অমুক থকচঁল্লে। খম্বতোন চাক লাম্বা খরা করহুনা ঙৈহাক পোথাগে হায়হুনা ফম্বাকতুদা হীপথরে। অম্মুম হীপ্পা হীপ্পা মহাক্না খল্লী : "করিনো ঐনা তৌরিবসিবো ; মঙলা ভাইবঙলা! শুরুং অসিদগী মপাল থোকপা ঙমগনি হায়বসি ঐ থাজদ্রে। অহুদি শুরুং অসিগী মনূং অসিদা ঐ কয়াম কুইনা হিংগনি। ইশ! ঐবু শুরুংসিদা লৈবা নূমিৎ কয়ানি শুরম্লগনি। নুমিৎ মশকম্বু উবা ফংদবা অমম্বা শুরুং অসিদা ঐদি কম্নিমজম্ব খঙবা ঙমদ্রে। তৌরিবসি মঙ ওইরমহুনা মীকপ থোরক্লবাদি লুঙাইগনিদা।" অম্মুম খম্না খম্না মহাক তুমথদ্রে। কুইনা চারক-থক্লকতবনা মবুক্তা করিগুম্বা খর তারবদা মহাক লুঙাইনা তুমদ্রে। মহাক ভশেংমমক কুইনা তুম্লরে মহাক্না হৌগংলকপদা মশাহ্ন ঈতেক তেকথংলী।

অম্মুম্না খম্বতোম্না পুক্রি অতুগী ঙা চাদূনা অমদি ঈশিং থক্কুনা মতম কয়া কেল্লক্লে। কোম্নদি মহাক ঙা অহিংবা চাবা অহু য়াম্না হৈনরক্লে। মহাক কা অনি অহুদগী কেম্না চথোক চংশীন তৌগদবা কিবে। মরমদি শুরুংগী কা অহ্ন মফাং-মফাংবনা চংপু চংশ্রবদি হান্নগী মকমদা অমুক হল্লকপা ঙমদে। থক্ল-চানবা লৈবা মফম অহুদগী মহাক চংশ্রবদি, চান-থক্লবা ফংদহুনা শিগত্রা খনবদগী মহাক মতম কুইনা চথোকত্রে। অহুবু অহুম কা অহুগী মনূংদা লৈবা তারবদি মহাক শুরুংদগী মপাল থোকপা ঙমদনা অহুম লৈবা তারে খংবদগী শুরুংগী মপাল থিবা ওইনা কা অহ্নদগী থোরকলে। মথুক্তা মনি অহু থাবা লৈত্তে, অহুনা চংলিবমথৈ পুমঙান ঙাল্লী। মহাক অম্মুম চংলী, লম্বী অনি ফাংলম্মী খম্বতোন ওয়রোমদা চংলী। মপুক্লিংদা খল্লী ঐনা থেকলিবসি ওয়দনী। মথংদা অমুক য়েংলোমদা থেকই। অম্মুম্না

খম্বতোম্না মহাক্না চৎপা লম্বীদু চীনফা পুনবা মুম্না মুম্না য়ে ই। করিগুম্বদা খঙনবা হায়দুনা নুঙ মচা অমনা লৈখি চিংলম্মী। অম্মুম চৎপনা মাগী মমাঙদা লাপণক্লা ইরঙ লঙবা মপৈ মপৈ উই। মহাক্লা চঙশিন্দুনা য়েংবদা পিক্তক পিক্তক তোবা মনি-মুক্তা কয়ানা মুঙ পৈবগুম পৈদুনা করিগুম্বদা চাইনা চাইনা তাদুনা লৈ। খম্বতোম্না অম্মুম চৎপদা মনিমুক্তা মথক অদুদা গ্যাও গ্যাও নেত্তুনা চৎলী। নাক য়েত্তম্বু মনিমুক্তা মপৈ মপৈনা পূম্নং লংনা লৈখ্রি। খম্বতোম্না অম্মুম চৎপদা মখোঙ অদু মনি-মুক্তা মরক্তা খুজেং খুজেং ফাওবা পূংথৈ। চৎলিবমথৈ লোইবা নাইদে মনিগী মনি ঙাক্তা। মহাক অম্মুম চৎলী, অম্মুম চৎলী। মনিমুক্তা-শিং অদুনা থবানমিচাকুম্না ঙগুপ ভরেং ঙানবদু য়েংবা মুঙাইদুনা মহাক্লা মথুত্তা পায়রিবা অচৌবা মনিদু ফীরৈদা চেৎনা য়েপ-শীল্লী। অচৌবা মনি অদুগী মঙালদু উদ্রবা মঙমদদি মনিমুক্তা মকপশিং অদু হাম্নদগী হেন্না ঙাম্মোরকপগুম তোই। মহাক্লা অম্মুম চৎলিবমথৈ মনিমুক্তাশিং অদুনা কুফেৎ কাফেৎ তোবদু য়েংবদা থম্বতোন অরাবা পুম্না কাওই। মহাক্লা লেপত্তনা অম্মুম গুরুং অদুগী পরীংদা চঙশিনবদা মনিমুক্তাশিং অদু খরা খরা লম্না তারম্বদগী কোম্মুংদদি পূংখম খমত্রে, মনিমুক্তা অমত্তম্বু উদ্রে। মহাক্লা অমম্বা মরক অদুদা চুম্না চঙশিল্লী। অদুবু গুরুং অদু মথা তানা চঙফম লৈত্রে। লম্বী খমত্রে। খম্বতোম্না ফীরৈদগী মনি বচেবাদু পুথোক্তুনা য়েংবদা চৎফম লম্বী অমত্তম্বু লৈত্রে মহাক্লা খল্লী মফমদু গুরুংগী থ্বাইদগী মনুংথংবা অরোইব শক্লি। মহাক্লা গুরুংদুগী অকোয়বা থক-থা অম্মুম য়েংই খঙহৌদনা ফকলাংপা মথক্তা লোম্নবা অদুরাইদা মঙাল অং উরকই। খম্বতোম্না মুম্না য়েংবদা মদু গুরুংগী অহোবদা মপালদং চঙলকপা মঙালনি হায়না লেপলে। মফম অদুদগী মপা থোইনা লাপত্রে খল্লুবদা খম্বতোন মথ্বাই নুঙাইবা পোক

অনৌবা আশা অমা লাকপগুম তৌই। মথুস্তা পাইরিবা মনি অদুগী মঙালদু লাকহৎতুনা শুরুংগী অহোবা শরুক্তুনা ঙাল্লী। খম্বতোম্না মথুস্তা পায়রিবা মনি অদু ফীরৈদা য়েপশিন্দুনা মঙাল লাকহন্দনবা হোংলৈ। মনিদুগী মঙাল ফংদ্রবদা শুরুংগী অহোবদু হায়দগী হেন্না লংনা উরে। মদুদগী চঙল্লকপা মঙালনা মফমদু পুমঙাল ঙাল্লী। খম্বতোন মতম কুইনা শুরুংদা লৈরকপনা শুরুংগী মপান্দা নিঙতম্না চেং-চোংতুনা শান্নিংই। অদুবু কমদৌনা মপাল থোক্কনি? শুরুংগী অহোবদুদি তশেং-তশেংনা উরে; অদুবু মদুদা মহাক্কী মপাম্নোম ফাওবা লীথোকপা রানা লোক্কনী। অদুবু মহাক্না লৈরিবা মফমদু মপাল্লগা লাপনদ্রে হেক থুংলরে খনবদা খম্বতোন শুরুংদগী মপাল থোরকপা অমুক মুক্তাইবা পোকই।

উপাই লৈত্রবদা খম্বতোন হল্লকলে। হায়গী হিংচাবগী যারেককম কা অদু যৌরকলে। মহাক ঙা খর ফাদুনা চারে, ঈশিং খরা থকচিল্লগা তুমগ্রে!

হেক হৌগৎপগা মহাক অহোবা লৈহৌবা মফমদুদা অমুক চংখ্রে। যেংবম্‌খ যেংলগা গভি লৈরেদুনা হায়গী মফমদা অমুক হল্লাই। খম্বতোন শুরুংগী অতৈ মফমদা অমুক্কা চংখ্রে। চংকে হায়নস্তু খন্দ্রে। করিগুম্বা অতৈ মফমদা চংপ্রগা চাফম-থকফম লৈবা অমদি মপালগী অহোবা লৈবা মফমদস্তু অমুক থিবা থঙ-লোইদ্রে খনবদগী মহাক অতৈ মফমদা ফঙচং চংকে হায়না খংদ্রে। মহাক্না হেক চংলিবা হায়ববু মহাক্কী চাফম তুম্ফম কাদগীনা— মপাল থোকখিবা যাবা য়াই হায়না খনবা অহোবা উবা মফম অদুক্কা ওবতনি। মফম অনিসিদি অমদগী অমদা তৈহাক লৈতনা তোয়না চৎপদগী কোম্বংদদি মমিৎ উইশিল্লগা কাওবা চৎপা ঙম্লকলে।

অশুম্বা খম্বতোম্বা গুরুং মনুংদা মপালগী পৃথিবী মশক উদনা লৈরকপা চহি অমা মপুং ফারক্লে। অতুবু মফম অতুদা মমিং মশক উদবা মহাক্লা গুরংদা লৈরকপা অসি গুপ্নগী মমিং মরি-মঙানিরোমতমক ঙাম্বরমখিগনি হায়না খল্লী। কুইনা অশুম লৈশিল্লক্রবা অতুদা খম্বতোন হৈনরক্লে, থোইনা রাদ্রে। ঙাডা চারগা ঈশিংডা থক্লগা মপূক থনবা ঙম্নকলে। চরা থুদিং ঙা ঙাক্তা চাবদগী করিগুম্বদা তুমদবদগী মপুক্কী বেরা তোবস্থ যাওই; অতুবু মহাক তোপ তুনা নাবদি অমুক্তা তোদে।

নোংমা খম্বতোন মশা খরা ঙম্নকতে। কোক্তা চীকপদা মপূক্লিং পীকশিল্লকই। মপুবোক অমদি মমাম্বা ময়াম মীংশিংলকই। মপুবোক্লা মুমিদাংথুদিং চাক ঙাইবদা বারী লীবীবতু নীংশিংলকই। চাওডল, তোয়াইমা, অতোতোন, ি°শক অমদি অমুতোম্বীনচিংবা মমাম্বা কয়াগা শানমিম্বা, ঈশিংপা, লৌকুমিম্বা লৌ কামিম্বা কম্বা মাগী মমিত্তা মথং মথং উরকই। মহাক্লা খল্লী: "ইপুবোক্লা হায়বা ইনজরম্লবদি ইপুবোকী নাক্তা অশুম লৈজরম্লবদি অরাবা কয়াসি নংলমলোইদবনিদকো।"

খম্বতোন হন্দক্তি নাবা কেক কবগা গুরুংদগী মপাল থোকখিবা ঙম্নবা হোংনরগে হায়না চপ মুংনা লেপম্লে। মহাক ফনা কুইনা করিমত্তা চা-থক্তে; নাবম্ন খর খর ফরক্লে। মাগী নোংমগী হৌনবী ঙা খরা চারগা ঈশিং খরা থক্লগা গুরুংগী অরোইবা মফম অতুদা লাক্লে। মহাক্লা গুরুংগী ফক্লাংদা নপ্তু্না অহোবা মফম অতুফাওবা কারে। অতুবু অহোবা অতুদা মহাক্কী মথ্ংমথৈতমক থিংজিনবা চল্লি। মহাক্লা অকনবা চীংগী লৈবাক মপাক মপাক, মুঙ মতু্ম মতু্ম খোক্তোকপা লাক্লে; মশা লীংথোকপা চম্নবা মথ্ল হূংপা লাক্লে। মতম খরা লৈবাক হোংলবদা বারতুনা মহাক হল্লক্লে। খরা চার-থকলগা তু্মম্লে। মথং মাহৌরকপদা মথ্ং অতু ঈহং-নাইহং শারম্লে। মতম কুইনা লৈবাক খোংপা ঙমত্রে। মহাক্লা ঙাইঙমদনা মথ্ং

অদু ফবা ঙাইদুনা লৈরে। খরা লৈরগা মথুং অদু ফরবা মতমদা লৈবাক্কী লৈশ্নন চুংপা অমুক হৌরকলে। নোংমা নোংমগী লেপ্তনা খর খর লৈবাক হোংলকপনা মথুং মশা অদু লোয়না হৈজিনরে, অনাবা শোইনা ফাওরে।

অসুম্না খম্বতোম্না লৈথ্নন চুংপা হোংনবদা অতোপ্পা চহি অমম্তু অমুক হৌরে। মহাক তংশেংনমক চহি অনি শুক্নং মনুংদা লৈরে। মহাক্না চুংলিবা লৈথ্নল অদু তঙথায় চনশীল্লক্লে খনবদা মহাক মুঙাইবা পোকই। অনা অযেক যাওরবদি খুংলৌ পল্লোরবদি মহাক থুনা মপাল থোকপা ঙম্নগনি খল্লৌ। অসুম্না মহাক্কী নোংমগী থবক হায়বদু মাগী নোংমগী চরা চাবা, লৈবাক খোংপা, ঙাবক্লবা মতমদা পোথাবা অমদি চুম্বা অসিঙনি। মহাক্না মাগী থবক অসি নোংম নোংমগী হেন্না হেন্না কনশিল্লি।

মতম খরা হৌগে। নোংমা খম্বতোম্না শুকংদা কম্না থবক শুকরগা চাক লাম্লদুনা হল্লকই। পৃত্তিদা ঙা ফাগে কুমথরকই। অদুবু অনাবনি, ঙা অমত্তম্তু থেংনরে। মহাক্না পুম্রি থুংনা চংদুনা হন্না হন্না ঙা থিবদম্তু ঙা অমতা ফংরে, অমত্তম্তু থেংনরে। খম্বতোন ঈশিংদগী কাথংলগা পুম্রি মপান্দা মথায় মুঙাইতনা লেপদুনা মুশা গেংদুনা লৈ, অদুবু ঙা অমত্তম্তু ঈশিংদা চাবা উদে। মহাক্না মওল মওল খল্লী: "শুরুংদগী থোকখিনবা লৈথুন চুংপম্তু লোইবা ঙমদ্রি, ঙসি চয়েং অসিদা থুনা হেক্তা লোইবা ঙমগাদবম্তু লৈতে, হৌজিকপু চানিঙাই লৈত্রবদি কমদৌনি!"

তংশেংনমক্তি খম্বতোম্না অহানবা উবা মতমদা পুম্রি অদু ঙাক্না পৃক পৃক শৌরম্বনি। অদুবু মহাক্না চহি অনিরোম অসি ঙাশিং অদু ফা ফাদুনা চাদুনা লৈরকপনা পুম্রগী ঙাশিং অদু লোই-থোকখ্রবনি। চানিংঙাই লৈত্রে খঙলবদা খম্বতোম্না ঈশিং যাম্না থকচিল্লগা থবক শুবা হৌরে। চানবা লৈত্রবনা যাম্না থুনা থোকখিবা ঙম্নবা হন্দমুক্তি মহাক হান্নদগী হেন্না কন্না শুজিল্লি। অসুম্না মতম

কুইনা পোখাদনা থবক শুরকপনা খম্বতোন রারে। চাদ থক্তবগী রাবনে, থবককম্না শুবগী রাবনে মহাক মমিং তন্দন পাইরে, রাম্বগদৌরে। খম্বতোন পুথ্রিদা অমুক হল্লকলে। হান্ননা ঙা লৈরে খঙলবস্ম থাজরক্তুনা অমুকস্পু কুমহুনা ঙা ফিবা হৌরক্লে। অদুবু ঙা অমতস্পু লৈরমদ্রে। খম্বতোন গজি লৈত্রতুনা ঈশিংনা মপুক থম্না থকচীল্লগা তুমদ্রে। হৌগৎলকপদা মশা থরদি তেকখৎলি হায়ববু অরাম খোৌরাং বদি হেন্না-হেন্না পোক্লকলে। অম্মুম্না খম্বতোন ঈশিংতা থক্তুনা লৈরকপনা মুমিং কয়ানী অমা কৌজে। শুরুংদগী মপাল থোক্লবগী পাম্বৈস্পু মুমিং থরনিগী মনুংদা লৈতে, অমরোমদা চানবস্ম অমত্তা ফংদ্রে; খম্বতোন কমদৌনা হিংগনি!

চানিঙাই লৈত্রবদা জিব থুদিংমক অফঙ অকঙবা চাবা হৌনশানি। খম্বতোনস্ম চানিঙাই লৈতবদগী ঙাতা চাহুনা চহি অনি হেন্না লেল্লক্লে। হৌজিক্তি ঙাস্পু অমতা লৈত্রে, করি চাহুনা হিংবা তারি!

খম্বতোম্না হিংনবা উপাই অম্মম খন্দুনা হৈরিঙৈদা মহাক্না অহানবা চঙলকপদা থেংনখিবা শুরুংগী শেকপী অচৌবশিংহু খংনীঙ নীংশিংলকই। মহাক ফুক হৌগংতুনা—চংকে তৌই। অদুবু খল্লী: "করিগুম্না শেকপী থিবা চংপদা শুরুংগী লম্বীদা লম্বাঙনহুনা মফম অসিদা অমুক হল্লকপা ঙমদ্রবদি কমদৌবা? অদুবু চাদবদি য়াদে। চাবা ফংদ্রবদি ঐ শুরুং অসিদগী মপাল থোকখিবা ঙম্বগী আশা লৈতে। চাবা ফংদহুনা শিবস্পু. শুরুংদা লম্মুক্লহুনা থোকফম খঙদনা শিবস্পু চপ মাম্না। চানিংঙাই খরতবু ফংলবদি ঈকুয়-কুইদনা নোংমদি শুরুংদগী মপাল থোকখিনবগী উপায়দি লৈরবনি। মুমিং থরনিতং হিংবা ঙম্মা য়েংগে।" অম্মুম্না খল্লহুনা মহাক্না শুরুংগী অতৈ লম্বীদা চংতুনা শেকপী থিবা হৌরক্লে। মহাক্না অম্মুম চংপদা হাম্না থেংনগ্রবা লম্বীশিং অহু অমত্তস্থ থেংনদ্রে; অদুবু চংপদি লেপত্তে, অম্মুম চংলি।

মৈমৈথংদা শুরুংগী মথক থংবা ফক্লাংদা শেকপী ময়াম নপতুনা লৈরম্বা উরে। মহাক মপুক্লিংদা মুঙাইবা পোকই অদুবু শেকপী-শিংদু মানা অস্তুম চঙশিল্লকপদা লোয়না পাইথোকপ্রে। শেকপী-শিংনা খাক্লা খোংহুনা পাইথোকখিবা মাইকৈদা খম্বতোন চংলী। অস্তুম চংলম্বদগী মহাক চেল্লকলে। ফনা শাংনা চেননা চেননা চংলফাওবা শেকপীশিংদু অমত্তা ফাওবা থেংনদ্রে। অস্তুম খরা চংলগা শুরুংগী লম্বীদু ফাংলম্লে ; মহাক কদোম চংকদগে খংদে। নীংজিং মাঙজিংননা মহাক ওয়রোমদা থেকচীল্লী। করিগুম্বা চাননবা শেকপী অমত্তা ফংদ্রবদি মহাক হিংগনি হায়বা থাজদ্রে অমরোমদা হায়গী মফমদুদম্ব হল্লকপা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে। লাম্বনসু চরী ভংলে ; উপাইদি অমত্তা লৈত্তে, কমদৌনী। খম্বতোন মথ্বায় রাবা হৌরক্লে।

অস্তুম খরা চংলুগা শেকপী মপৈ অমা অমুক থেংনরে। শেকপীশিংদু শুরুংগী মথকথংবা ফক্লাংদা নপ-নপ্তুনা লৈরম্মী। খম্বতোম্না নাশোল পীক্লা খুনিঙ কাঙ কাঙহুনা চঙশিল্লি ; অদুবু মানা চঙশিল্লকপদা শেকপীশিংদু খোংলগা অমুক লোইনা পাই-থোকপ্রে। খম্বতোন মথুং মশা প্রোক প্রোক থেক্কুনা লৈহৌই। লাকচৈদা হায়হুনা মথ্বায় নুঙাইতবা পোকই। অদুবু কুইনা করিমত্তা চারক্কুবদা খম্বতোম্না শুরুং অদুগী মনুংদা হিংনবগীদমক চাবা য়াবা পোংশক হায়ববু শেকপীশিং অদুত্তনি। শেকপী অমত্তংবু ফাবা ফংলবদি মদু চারীঙৈদা খম্বতোম্না মপাল থোকখি-নবগীদমক মতম খরদি থবক ইনখাং শুবা শোয়দনা ঙমগনি ল্লী। অদুনা খম্বতোন মপুক্লিং নীংহম্নবা তৌদনা মখা তানা শকপী খিবা চংলকলে। মহাক হায়গী মফম অদুদগী কয়াম শাপ্পা লাক্লবগে হায়বা মহাক থোইনা খল্লুদে। অস্তুম চংপনা াম্বী অনি অমুক ফাংলম্লে। হন্দমুক্তি খম্বতোন য়েংলোমদা ংলি। অস্তুম চঙশিল্লি। খম্বতোম্না শুরুংদা হেক চঙখিবা

মুমিংতগী তুরুংগী তোঙান তোঙনবা মফম অমদি লম্বীশিংতু ফনা য়ায়া চংলে অদুবু লম্বীশিং অদু চপ মাগ্নে, খেন্নবা অমত্তা লৈতে। খেন্নবা হায়রবু করিগুম্বা মফমদা মনিমুক্তা চবুন-চবুন লৈ, করিগুম্বা মফমদা চোইনা চোইনা থরানমিচাক্লুম মথক অমস্তুং মখাদা কুফেং-কাফেং অদুগা অয়াম্বা মফমদদি করিংত্তা লৈতে।

খম্বতোন হান্নগী মফমদা হল্লকপা ঙম্বা ঙমদবগী রাখল থন-খিদ্রে। শেকপী অমতং ফাবা ঙমদ্রিবমখৈ হান্নগী মফমদা অমুক হল্লরোই খনগ্রে। হন্দমুক্তি কুইনা শাংনা চংলবা ফাওবা শেকপী অমত্তা থেংনদ্রে। মহাক রাখনা লোইরে। মশাদু ভুমাংনা পুম্বচোৎ চোংলে। কম্বিমত্তা য়াওদ্রবা মপুক অদু তপ নপদ্রে গ মমিং অদু তন্দন পাইখে, খম্বতোন মকোক ভাওতুনা ভুগে তৌই; লৈমায়দা ফমখৈ। ঙৈহাক হিপথতুনা পোথাই। মহাক মথা তানা শেকপী থিবা চংপা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে। ঙৈহাক্কুং তুমগে খল্লী অদুবু তুম্বম্ব য়াদে। ঙৈহাক পোথারগা মহাক অমুক হৌগংলে, তপ্লী তপ্লী চংপা হৌরকলে। অম্তুম চংলিঙৈদা অরাপ্পদগী মখোল খরা তারকই। খম্বতোন চপ লেপতুনা তায়। শোয়দনা শেকপী ময়াম লাওবগী মখোলনী হায়বা খঙলবদা মহাক খরা থুরপ্পা মখোঙ থাংবা হৌখে। খরা চংলগ শেকপী ময়াম লাওবগী মখোল অম্তুম নকশিন্না তারকই। খম্বতোন্না হন্দকমুক্তি অমা শোয়দনা ফাদবা য়াদে খন্দুনা অমদি শোয়দলবা রাখল থনবা হৌখে। মহাক্না ইল্লিবা ঙোবোং অদু লোথোক্লে। শেংলিবা থুদৈ অদু নীংগ্রী তাখংলে। মথুং ওইনা মনি পায়, য়েং থংবা মথুংনা ঙোবোং পায়, খুংলৈ থুনা নাশোল পীক্লা চঙশিল্লী। খম্বতোন্না লোম্না চঙশিনখিবদা শেকপী ময়ামদু খোংহনা পাইথোকখি; অমথক্কুংদি নপতুনা লৈহৌই। খম্বতোন্না থুনা য়াংনা চেনশিল্লগা ফন চোংথংতুনা য়েংথংবা মথুক্তা পায়রিবা

ঞৌবোং অহুনা কীত নমহুনা শেকপী অদু ফাহে। শেকপীহুনা চে··চে··খোংবগী মখোল অহুনা শুরুং অহুদগী খোঙ্হাঙ হৈয়রক্লী ; প্‌মনিল নিল্লী।

অরাম্বা কোক্রুবগীদমক অমদি হিংনবগীদমক খম্বতোম্না মমিং মনা উইশিন্দুনা শেকপীহু চাবা হৌরকলে। লাম্বনবু খম খেংলবদি চৌলকাও থিবা লৈতে। খম্বতোন শেকপীত্তা নত্তে, মানা হেক খেংনবা থুদিং চারগদবনি। শেকপীহু চাউমনবনা খম্বতোন লেংইনা চাবা হুমদে। মচেৎ অমতং চাবদা মপুক থল্লে। অৈম্হু কোম্না চানবগীদমক থাকলি।

মবুক থল্লবদা খম্বতোন হায়গী মকম অহু তাম্না হল্লগে থল্লক্লে। মথুক্তা অরেম্বা শেকপী অহু পায়রহুনা মহাক্না লাকপা মাই-কৈরোমদা মমায় ওন্দুনা খোঙ থাংবা হৌরক্লে। মহাক অম্মুম চৎলী, অহুবু হায়গী মকমহু অমুক য়োবা লৈত্রে। কুইনা অম্মুম হ'ম্না মকমহু খি-খিহুনা চৎপদা মহাক ব্বারে। মথুক্তা পায়রিবা শেকপী অহু অমুক চারে। অহুবু শা চাবনিনা ঈশিংজু য়াম্না খৌরাংই। অহুবু ঈশিংদি কদায়। খম্বতোন শোয়দনা শিবা তারে হায়না খুনম্লে। অহুবু শিবমক তারবম্নু হিংবা য়াবা মথৈদি হিংবা হুমত্রা য়েংখিগে থন্দুনা মহাক অমুক চৎলি, অমুক পোথাই, লায়কপা মতমদা শেকপী অহু খরা খরা চায়। অম্মুম্না খম্বতোন নুমিৎ কয়ানি অমম্নু লেপ্লকলে। হৌজিক্তী খম্বতোন চালৈংগাই অমত্তা লৈত্রে। ঈশিং থক্কবা কুইরক্লবনা ঈশিং খৌরাংবনম্নু ঙাওরে। করি উপাই লৈরি ? খম্বতোন শুরুংগী মচৌ অমদা ফমহুনা হৈহাক পোথায়। অম্মুম ফক্লাংদা ঙাহুনা পোথরম্বদগী তুমথত্রে হেক তুমথখিবগা মহাক মঙ অমা মঙই। মমঙ অহুদা মহাক ময়ুমদা চৎলম্মী। মপুবোক্লা মাগীদমক বারম্বহু উরম্মী। মহাক্লা কুইরবগী তু'দা থাজদনা অমুক হল্লক-পদা মাগী মপুবোক্লা মাবু হরাওনা কোনখীরম্মী। মমাম্নবা ময়াম লাক্তুনা হরাওবা কোঙদোক্তুনা ব বা লাওলম্মী।

মিরুপ খোরকপদা খম্বতোন হুক হৌগংলি। কপোক্কপা চৎকদগে মাইকৈ খঙদনা চৎপা হৌরকই। চাবা থকপা, অরাম খোৱাং অমত্তা লৈংশিংদনা মহাক্কী মফিংগী মপুবোক, ময়াম-রশিং অমদি ময়ুম উত্না অস্তুম চৎলী। মহাক অস্তুম্মা মুখিং কয়ানিমুক চৎলে। অদুবু মহাক্কী হাম্মা চৎখিবা মফমশিংদুগা মান্নবা মফম অমত্তা থেংনদে। মহাক্কী হাম্মা কুইনা লৈরক্লবা চিংচাবগী য়ারেককম শঙলেন অমদি মহাক্কী মতম চত্তনা থোকখিনবগী লৈখুন হুংলম্বা মফমশিংদু অমত্তম্ থেংনদ্রে। অদুবু মহাক চৎপা লেপতে। ব'রবা মতমদা পোথাই, তুমনিংলবা মতমদা তুমথোকই, হেক হৌগংলকপগা হেক্কা চৎলি। মাখী অরাংপা হায়রবু চানীংবা মতমদা চাবা ফংদে, থোরাংলবা মতমদা থকপা ফংদে, মসিত্তনি। করিগুম্বদা মহাক্কী মনিমুক্কোত্তানা পুমত্তাল তাল্লবা মফম কয়া থেংনৈ। করিগুম্বদা পীক্র-পীক্রবা মনিমুক্কা কয়াগী মরক্তা নুঙায়রক্তা চৎপগুম গ্যাও-গ্যাও চৎলি। করিগুম্বদনা য়ম্লবা মফম কয়া থেংনৈ। ময়ুম য়ৌনিঙবগী রাথননা মহাক অরাম খোৱাং পুমকাও কাউদ্রে। অস্তুম অরেপ্পা লৈত্তনা চৎপনা মহাক চোকথরে। অদুবু শুরুং অদু লোইবা-খম্বা লৈতে। অস্তুম চৎপনা লোইরোয় লোইরোয় তুমখৎখিবা মফম অমা থেংনরে। খম্বতোম্মা হাম্মা চংখিবা থোক্লবা লৈখুন হুংলম্বা মফমদু ওইরবোয় নীংই। অদুবু অস্তুম চঙশিল্লবা মতমদদী হায়রগীদু ওইরমদ্রে। মহাক্কী ফনা য়াম্না চত্তুনম্বু হাম্না থেংনখিবা শরু পোলাংশিং, চিংচাবগী অচৌবা শরু পোলাং, চিংচাবগী য়ারেককম শঙলেন, তা লৈবা পুখ্রি, মহাক্কু থোকখিনবগী লৈখুন হুংলম্বা মফমশিং অদু অমত্তম্ থেংনদ্রে। অদুবু মহাক লেপ্পা নাইদনা চৎলী। ফনা কুইনা চৎলবা মতুংদা খম্বতোম্মা মমাংলোম্নদা অঙানবা অমা উই। অদুবু মহাক থোইনা থোশাদে। অদুগুম্বা মঙাল কয়ারক হন্না উত্রবনি, কয়ারক হন্না

চেনশিল্লূরবনি অহুবু থোকখিবা য়াবা শুরুংগী থোঙ অমত্তা ওইরমদে। অহনা মহাক্না পুম্নমক মাম্নানী, মহাকপু লঙনরিবনী হায়না খল্লী। মহাক্না অস্নুম চঙশিল্লকপগী মতিক মঙাল অহু হেম্না ঙাম্বোরকপগুম তৌই। খম্বতোন অনৌবা অাশা অমগা লোয়ননা মঙাল উরিবা মাইকৈহু ভম্না চেনশিল্লি। অহুবু মহাক কয়া চেনবা ঙমদ্রে। কুইনা চারক-থক্লক্কবগী বাবনে, কুইনা চংলকপগী চোকথবনে মহাক চেল্লি হায়বহু মঙায় মঙম ঈশান শান্দে। অহুগীস্তু মথক্তা শুরুংগী লম্বেশহু লোইরোয় লোইরোয় ঙমথংপনে, খোঙফম খুদিং মনিমুক্তা মচা-মচাশিংনা পৈ-পৈহুনা লৈবনা নুংকুপলক্তা চেনবগুমই। মহাক মপুক্লিংদা কয়া চেংগে হোংনৈ। কয়া চেল্লিবমখৈ মহাক উপথুননা তুশিল্লী, থরো থরো ওল্লী। হৌগংলকপদা মফি মরোলশিংহু মনিমুক্তা মচাশিংনা পীক খল্লী। অমুক কম্বোকতুনা চেল্লী, অমুকসু তুশিল্লী, ফুক হৌগংলী, চেল্লী .... .... .... ।

খম্বতোন বাকমা শিগদৌরে। শ্বয় থবেং থবেং হোল্লী। ঈশিং খৌরাংবনসু চরম কংব্রে। অঙানবা মফমহু য়ৌনা চেনবা ঙমগনি হায়বা থাজব্রক্তে। অহুবু খম্বতোন কেপ্পা লৈতনা চেল্লী। মতম খরা চেল্লবা মতুংদা অঙানবা অহু খম্বতোনগী মমাঙমক্তদা লৈরে। মহাক্না মশা লৌথোকখিবা চম্বগনি খনবা মখুল অমা থেংনরে। শুরুংগী মপাঙ্গী চঙলকপা মঙালনা শুরুংগী অরোযবা শরুক অহু পুমঙাল ঙাল্লী। খম্বতোন মঙ ওইরমগদ্রা খন্দুনা ঙৈহাক লেপতুনা মীকপ থোক্লকপা ঙাইহুনা লৈ। অহুবু মঙ নত্রে হায়বা মহাক খঙলক্রে! অমুক পম্বুবা তৌদনা মহাক মখুল অহুদা মকোক লৌংশিনব্রে। উচীন নাচীম্না মহাক্কী মশা পুম্বা চল্লী; লেঙফম-ওংফম অমত্তা লৈতে। মখোঙগা খুনিঙগলা ওং ওংহুনা অম্বুম শম্না মকৈ অমমমতমক লেঙলকপনা খম্বতোন শুরুংদগী মপাল থোরকলে।

---

# মঙাশুবা

শুরুংগী মপালমক্তদা থম্বতোন্না লেপলবা মফম অতু ৱাংলবা চীংদোল অমনি। মতম কুইনা নুংশা মঙাল উরুদ্রবনা থম্বতোন নুংশা মঙাল অহুদা মমিং পাঙবা ঙমদে; মমিং ঈথক থৃকই। মহাক্না ঙৈহাক মমিং অতু নোইত্নুনা পাঙথোকপা ঙমদনা লৈ। ঙৈহাক লৈরগা মমিং পাঙথোক্ক‍্‌না কোয়না লৈথুনা য়েংলুমই। অনকপা অরাপ্পা মিংয়েংনা ভাম্না উখ্রিবা মফমতু ফাওবা চীংলোন কয়াকয়া চীংশাং পরেং পরেং ঙাক্তা উখ্রি। করিগুম্না মফম অমত্তদম্নু মী ভাবা খুল অমদি য়ুম লৈবগী থুদম অমত্তা উবা ফংদে। মহাক্না লেপলিবা মফমতু মহাক্না উবা অনকপা অরাপ্পা চীংদোন চীংজাও কয়াতুদগী খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবনা মহাক্না মাইকৈ থ‍ূদিংদা য়েংথরকপদা চীংশাংশিংতু তশেং-তশেংনা উবা ফংই।

মতম কুইনা মম্লবা শুরুংগী মনুঙদা লৈরুরগা মপালদা থোরকপদা থম্বতোন কয়াম্না নুঙাইরমগদগে হায়বত্নুদি থাবগী লোইবা নাইররোই, ইবা অমদি ৱারী লীবত্তনা ৱাংলগনী। মহাক কয়াম্না নুঙাইরমগদগে হায়বতু থম্বতোন মশাক্তনা হেন্না মরীক চ‍ূম্না থঙগনি।

মতম কুইনা অমুক্তা নোকপা ফংলক্ল‍্‌বা থম্বতোন মহৌশাগী ফজরবা অশংবা উপাল-ৱাপাল, উনা-ৱানা, অভিয়া, নুমিৎ, লৈচিল কয়া উবদা মোমোন নোকচৈ। মিংলু অনিদগী নুঙাইবগী পিরাং অমা-'নি শীন্থরকই। শ্বর ফ‍ূইনা-ফ‍ূইনা হোল্লী। মমিং মনা তথক-তথকই। কুইনা চারক-থক্লকত্তবগী অরাম খোরাং, শুরুং মনুংদা নংখিবা অরাবা পুম্নমক মপালগী সংসার অসি উবদা

পূমকাউ কাউই। মাইকৈ ওয়া ওয়া ফজরবা য়াংলবা চীংদোল কয়া উপাল-য়াপল অমদি অভিয়াদা পাইরিবা লৈচীন্দা মমিং কুপ্তবমথৈ য়েংহুনা লৈ। অদুম য়েংলম্বদগী ময়ুম নিঙশিংলকই, মপুবোক অমদি মমায়বশিং নমিৎতা উরকই। মহাক্না খল্লী: "হুম ঐ অদুম ফকচিন্দুনা লৈবনদি কান্নদে। ইপুবোক্তু মথ্যায় য়াম্না য়ারয়্রগনি. ঐ থুনা য়ুম যৌদবা য়াদে।" অসুম্না খন্দুনা খম্বতোম্না মথুন্তা পায়রিবা চাউরবা মনিমুক্তাদু ফীরৈদা চেৎনা য়েপশিল্লে। মফী মরোলশিং অদু ক্রং লাউনা কম্মোকপদা মনি-মুক্তা মচা মচা কয়ামক্তম তারকই। মহাক্না লৌৎলিবা ফুরিং অদুগী ফুরিংথাও অদু হূমদুনা য়েংবদা মনিমুক্তা মচানা পীক থম্না য়াওরম্মী। মনিমুক্তা ময়াম অদু ঙৌবোংগী মচৌদা পুন-শিল্লগা, খম্বতোন শুক্রং মনূং অদু অমুক য়েংশিল্লম্বা তৌদনা চীংদোন অদুদগী কুমথরক্লে। থোঙকাপ চাম্মা-চনিরোম কুমথ-রক্লগা মহাক্না অমুক্তং লেপতুনা য়েংখৎলী। চীংদোন অদু পুম্নমক্তগী য়াংই। কনাগুম্বা অমত্তনা মদুদা শুক্রং লৈ হায়রদসি খঙবা ঙম্লাই। খম্বতোম্না, চীংদোন অদু কনামত্তনা কায়মথি-রোই হায়না খল্লী।

অয়াংবা চীংদোল অদুদগী কুমথরক্লগা খম্বতোম্না খর নেম্বা চীংশাং অমগী মতোন্দা চৎলী। মতম কুইনা করিগুম্বা অমত্তা চাক থক্লক্তবনা মহাক তুরোয ঙামলোয় চৎলকলে। ঙৈহাক পোথাগে খন্দুনা মহাক্না খর কোকপা মফম অমা য়েংহুনা ফম-থরে। অকোয়বদা অদুম য়েংবদা ঈনক-নকপদা হৈয়িং পাম্বী অমা উরে। পাম্বী অদু মখোঙদগী মতোন ফাত্তবা হৈয়িংনা তেকথবমখৈ পাল্লী। খম্বতোন ফুক হৌগৎলী, হৈয়িং পাম্বী তানা চঙশিল্লি। তাপ তাপ হেক্তুনা হৈয়িংশিং অদু মপুক থম্না চাশিল্লি। খম্বতোন অয়াম্বা কোক্লে, অদুবু খোয়াংবদি কোক্ত্রে। ঈশিং খজিক্তং থুকপা কংলবদি মহাক শিবমক্তি শিয়রোই খল্লী।

অহুগীম্বু মথক্তা শুক্লং মনুংমক্তি নত্তবনিনা চীংগী লোকচপতা, চীংচেপতা, শোয়দনা ঈশিং লৈরমগনী থনবনা খোৌরাংবগীদমক খোইনা মথায় ৱাবা পোক্তে। অহুবু ঈশিংদি কদায় ? ৱাংলবা চীংদোন অহুদা ঈশিং অমত্তম্বু থেংনদে। খম্বতোন চীংদোম্দগী চীংখাঙলোমদা কুমথরক্লে। শুক্লবা লোকচপ কয়াদা চঙহুনা ঈশিং থিবা হৌরক্লে। শুক্লবা লোকনুং, শোঙলবা নারক কয়া চঙহুনা ঈশিং থিবা হৌরকই অহুবু ঈশিং থিবা ফংত্রে।

খম্বতোন ৱাৱে। চরম কংলে। ঈশিং থকপা ফংত্রবদি মহাক ময়ুম য়েৌবা ঙমদনা শোয়দনা শিরগনি খনত্রে। মহাক ঙৈহাক ফমহুনা পোথাই, অমুক ফুক হৌগত্তুনা চৎলী। অম্বুম য়েংখিবদা থরা লাপতক্লা লফু পাম্বী থরা হৌবা উরে। খম্বতোন থুনা য়াঙনা ফুক হৌগত্তুনা লফু হৌবা মফমহু হম্না চঙশিল্লী। মনাক য়েৌবদা লফুগী লফু ঙাক্তা পীক থম্না চীংমায়হুমা কুক কুক ঈম্নপা হৌরম্মী। অহুবু মখুত্তা থুংলাই অমত্তম্বু য়াওদে, করম্না লফু য়ানগনী। খম্বতোন্না লফু মচা-মচা খন্দুনা মখুংনা থুদেকপা লাক্লে। মহুদগী খোৌরকপা মহী থর অহু থকই। খোৌরাংবা থরমখৈদি কৈ হায়ববু চাননা পুমকোক কোকপদী ঙমদে। মহুনম্বু কান্নত্রে খন্দুনা খম্বতোন্না ঈশিং লিবা অমুক হৌরক্লে।

ঈশিং থিবা থুঙত্রবদা খম্বতোন লৈমায়দা ফমহুনা ঙৈহাক পোথাই। মাইকৈ মরি শীম্বুংনা কোয়না লৈহুনা য়েংই। মুংশাম্বু ফনা শাই, অতিয়াম্বু পুমশেঙ শেংই। নোংচুপলোমদগী লিরি-লিরি শীংলকপা নুংশিৎনা মশা অহু থরা তেকখংলী। ঙৈহাক অম্বুম পোথারম্বদগী নুংশিংকা ঈরোয়ননা ত্রোং-ত্রোং লাউবা ঈশিং চেনবগী মখোল অমা তারকই। খম্বতোন্না ফুক হৌগংহুনা ঈশিং মখোল তাবা মাইকৈরোমদা চৎপা হৌরকই। নুংশিৎ লেপত্রবদা ঈশিং মখোল অমুক তাখিত্রে। অহুবু খম্বতোন নোংচুপ পাংনা লেংতনা অহুম্বক চঙশিল্লী। নুংশীংনা

অমুক অমুক হুম্লকপদা ঈশিং মখোল অমুক তারক্লে। হন্দকমুক্তি হায়দগী হেন্না লাওনা তারক্লে। খম্বতোম্না অম্মুম চঙশিল্লিবগী মতিক ঈশিং মখোল অদুম্মু হেন্না হেন্না নক্না তারক্লে। মহাক্না উনা-ব়'না কয়া'থু হাইদোক হায়দোক্লুনা অম্মুম চংশিনখিবদা খো'ঙ-ক.প চাম্মগী মনুংদা চীংদগী ত্রোং-ত্রোং ল'ঙন চেম্বরকপা ঈশিং খোং অমা উরে। খুৎলৈ থুনা খম্বতোম্না খোং অথু তাম্না চঙশিল্লি। অদুবু মমাঙমক্তদা চাওরবা শা অমম্মু খোং অদুদা ৎোম্থরন ঈশিং চোপ-চোপ থক্লী। শা অদুগী মঙং মতৌ অনদি মরাঙ লাক্ল'' অদুদা খম্বতোম্না, মাগী মপুবোক্না লৌখিব। রারী কয়'দগী শাগৎতুনা মথু কৈনি হায়না চেপলে। তশেং-বমক খম্বতোন কৈ অমুক্তা উখিদ্রে। মহাক্না খল্লী: ইপুবোক্লদি কৈনা মী চায় হায়খি। অদুবু কৈনা চাথুনা শিবস্থ ঈশিং থকপা ফংদথুনা শিবস্থ চপ মানৈ। অম্মুম্না খন্দুনা খম্বতোম্না থুনা য়াঙনা চঙশিন্দুনা কৈ অদুগী মনা'ক্তা কুম্থথুনা ঈশিং খুজোক খুজোক থকপা হৌরক্লে। মীগী শাক্তম ফংবদা কৈ অথু মমায় ওনশীন্দুনা খম্বতোম্না য়েংলকই ; অদুদগী মমায় ওস্থোক্লুনা চুম্না নায়ক্তা চঙপ্রে। খম্বতোন খোইনা কিক্লবা লৈতে। মহাক্না খল্লী: "কৈ হায়বসিদি মী চাদেদনা।"

গুরুং মপুঙদগী হৌনা ঈশিং থকপা ফংলকত্রবা খম্বতোন মপুক পেম্না ঈশিং থক্লে। ঈশিং ফংদবদগী কুইনা শুরক্লুবা মফী মরোল অথু ঈশিং অদুদা লুপখোক চামথোক্লে। মশা অপুম্বথু ঈশিং অদুদা ইক্লজথোক্লে। খম্বতোন অরাম-খোরাং কে'কপ্রে ; মশা ঈতেক তেকখংপ্রে। শিরগত্রা হায়না খলম্বা রাখল থাদোক্লে। ময়ুম য়ৌনিংবগী অনৌব' আশাগ লোয়ননা মহাক অমুক চংপা হৌরক্লে অদুবু য়েংখি য়েংহিবা মাইকৈ খুদিদা চীংশাংগী চীংশাংডাক্তা পরেং-পরেং লৈখি। মিৎনা উবা ফংবা মফম ফাওবা চীংগী অশঙবগা অতিয়াকী শংবানবা

মচুগা অমত্তা ওইনা পুনখ্রি। খম্বতোন কদোম্দা চংলগা ময়ুম যোৌগদগে খঙদে। অদুবু মহাক লেপচুনা লৈথোকপগী মচুত্তা খোঙ থাংবা হৌখ্রে।

অহিং নুংথিল থাক্কনা চুম্বা হিগ্না খঙদনা খম্বতোন চংলী খোঙুল-খোঙনব উচৈ-রাচৈ চায়; থে মবা ঈশিং থকই। মহাক অরাম খোৌরাংবা পোক্লে। অরাম খোৌরাংবগীদমকস্ব খোইনা রাক্লে। চৌংশাং অচুদ্রা মকাক্তা লাম্লকলবা মতমদা চাবা ফংদবা লৈত্তে। চাবা য়াবা উচৈ-রাচৈ কয়ানা চৌংশাং কয়াংগী মফম খুদিং কৌরি। অরাম খোৌরাং কোক্লবস্ব খম্বতোন মতম কুইনা তুম্লকত্তবদগী মশা অচু য়াম্না চোকৎরে। শুক্লুংদগী হৌনা য়াম্না কুইনা তুম্লক্লবনি। চৌংশাংদস্ব নুমিৎ মরি মঙানি অমুক চংলকপদা মহাক য়াম্না রারে। তুমনিংবনস্ব মমিৎতু পাঙবা ঙমশিল্লক্লে। মফম চাবা অমা য়েংহুনা চৈহাক্কং তিংথোক্কনা হীপথগে খল্লী। চৌংগী চৌংচেপত্তা অস্নুম চংলস্বদগী চৌংদোনলোমদা থরা হাই-গংলগা লৈত্রেম হাইকেং মাম্নবা উ-রাস্ব পঙহৌ হৌদবা নাপী ঙাক্তা ঈশঙ-শংনা হৌবা ফুজরবা মফম অমা থেংনরে। খম্ব-তোন মত্তাচাবা মফম অমা য়েংহুনা হীপথরে। অস্নুম হীপ-লস্বদগী তুমথখ্রে। মতম কুইনা তুম্লক্লবদা খম্বতোন পুম্বমথে তুমখ্রে। মহাকপু হৌজিক কনানস্ব হৌদোকপা তাররোই।

# তরুকশুবা

খম্বতোন ফনা কুইনা তুম্লরে। মীকপ থোক্লকপদা মহাক্না অকোয়বরা লৈরম্বা মীয়াম অদু উবদা মহাক কোয়না য়েঙলকই। মীয়াম অদুগী মখুত্তা থাঙ তেন অমদি লীক্ক খেন পায়। মফী কোক্কা শেংল্লী। ফুরীৎ লীৎতে, ফি ইদ্রে। মখোয় ময়ামদু উবদা খম্বতোন কুক হোৎংতুনা হেক্লী। মতম-কুইনা মীওইবা মশক উবক্লরা খম্বতোমা তাইরঙমী উবদা নুঙ্গাইদ্রবা পোকই। অদুবু মখোয়শিং অদু চুমগী মীগা মওং খরা মাঙদবা অদুদা মহাক কবিঙুম্বা থুদোংথীবা থোকুগদ্রা হায়বগী চিংনরা পোকই। মহাক্না ময়াম অদুদা মহাক ঙবাবা, তাকুরবা ময়ুম হনকম খঙ-ত্রবা লম্বাংনরবা মীশক অমনি হায়তুনা রা তাঙবগা লোয়ননা মথুং মশানা ইঙ্গিং তৌতুনা হায়। অদুবু মখোয় কনামতনা খম্বতোনগী লোল অদু খঙদবগুম তৌই; মখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংনৈ। খম্বতোমা কয়ারক হন্না ইঙ্গিং তৌতুনা মহাক্কী অরাবা অদু খঙবীদ্রবা হোংনৈ। অদুবু মখোয় অদুনা ইথঙ খঙদবগুম তৌই। মখোযনম্বু খম্বতোন্দা রা কয়া হায়রকই; রাহং কয়া হংলকই। অদুবু মখোয়গী লোন অদু খম্বতোন অনাঙুম খঙদে। খম্বতোন্দা কয়ারক হন্না হঞ্জিন-হঞ্জিন মথুংনে মশানে মানা অরাবা তাকুরা অমদি য়ুম য়োনবা লম্বী শঙদবগী রান্নী কয়াগী লীরা হোংনৈ। মখোয় মায়মতু অমগা অমগা য়েংনৈ অদুগা, ভাব তাবগুম মঙক লোম্মী। মখোয়না মঙোন্দা চংশী মখোয়গী মতুং ইল্লকউ হায়না ইঙ্গিং তৌরকই। মখোয়গা চং-মিন্নরগা ময়ুম য়োবা য়ুম্লগনি হায়রবগী আশাদা মহাক হরাও হরাও মখোয়গা লোয়ননা চংলে। মহাক্না মখোয় ময়ামতুগা

অদুম চৎমিন্নবদা ময়ামতু অমনা ঙাঙবা অমনা তাদবগৈ বা পংঙাং ঙাঙনৈ ; চীংথক অতু পুমনিল হেক নিল্লী। মখোয় ফনা শাংনা চৎলে। চীংদোন অমদা কাখৎলী অমুক কূমথৈ চীংচেপ্তা অমুক চৎলী, চীংখাঙদা অমুক চৎলী। ফনা কুইনা অমদি ফনা শাংনা চৎলবা মতুংদা চীংদোন অমদা যুম খরা তাবা উই। খম্বতোন হরাওই। মদু মখোয় ময়াম অদুগী যুমম শোয়দনা ওইরমগনী খল্লী। হায়বগুম্নদনা মখোয় চীংদোন অতু তয়া কাখৎলকলে। মতোন য়েৌরবা মতমদদী যুম খরতা নৎলমদ্রে ; যুম ফনা য়াম্না তাবা খুন অমা ওইরম্রে। মখোয়না খুন অতুদা চঙখিবদা খুন অতুদা লৈরম্বা মীয়াম্না মযুম মযুমদগী চেস্থোরক্লূনা তুমিন তুমিন য়েংই ; বাদী অমত্তা ঙাওনদে। মখোয়না খম্বতোনবু খুন অতুগী ময়ায়মক্কদা লৈবা যুম অমদা পুশিল্লী। মী অমদি শা কয়াগী মকোক্কী শরূতনা নীংখিজনা লৈতেংলবা কা অমদা তাঙবল অমদা ফমতুনা নুপা অমা লৈরম্মী। খম্বতোনবু পুরকল্লিবা ময়াম অতুনা খম্বতোনবু মমাঙদা থম্লগা মকোক নোম্না খুরুমই। খম্বতোম্না খল্লী : "নুপা অসি মখোয়গী নিংথৌ ওইরম্বা তাই।" অদুম্না খন্দুনা খম্বতোনম্ভু মঙক নোম্না খুরুমই। নিংথৌ অতুনা খম্বতোন্দা বা খরা ঙাঙলকই। অতুবু খম্বতোন অমত্তা খঙবা ঙমদে। অতুম ওইনমক খম্বতোম্না মহাকপু নুংশিবীনবা হায়তুনা— মহাক্না মযুমদগী থোক্লকপা, শুরুংদা লেল্লবা, কমদোনা থোরকপা অমদি মযূম হনফম খঙদবগী বারী কয়া মথং মথং লীরকই। মহাক্না শুরুং চঙলুবগী প্রমান ওইনা ফীরৈদা য়েপলিবা মনিমুক্তা অমদি তোবোংদা কিরিবা মনিমুক্তা মচা মচাশিংতু উৎলী। মহাক্না মনিমুক্তা পুম্নমক নিংথৌগী মখোঙদা থমতুনা ৰৎৰগা শাংনা তিংথোক্লূনা খুরুম্মী। নিংথৌনা মোমোন নোকই। খম্বতোন, নিংথৌনা নোকপা উবদা মহাকপু চানবীরে, নুংশিবীরে খন্দুনা হরাওজে। তৈহাক লৈরগা নিংথৌনা বা খরা হায়রকই। মখোয়

ময়াম অহুনা নিংথৌবু খুরুমলম্লগা খম্বতোনবু পুহুনা থোরক্লে। মখোয়না মহাকপু য়ুম অমদা পুরক্লগা কা অমদা খঙ্গীরে। মখোয় অতৈহু লোয়নমক চংলে, খম্বতোন মথন্তা ঙায়হৌরে। ঙৈহাক লৈরগা মী খরা। চঙলকলগা মহাক্কী চান থক্লবা পোং-চৈ খরা পীরৈ। খম্বতোনা থেংবদা চাক অমদি হাওর-হাওরবা শা মতুম থোংবা য়াওরি। তশে বমক্তি খম্বতোন ময়ুমদদী ঙাদগী হেন্না শা অমুক্তা চারক্তী। অহুবু কিংনবগীদমক শুরুংদা লৈরিঙৈদা মহাক শেকপী ফাওবা চারকখিবনী। খম্বতোনা শদুম্শিংহু হরাওনা চাবা ঙাখি।

অস্থম্না খম্বতোম্না মফম অহুদা লেল্লকপা ফনা কুইরক্লে। মহাক চাবা-থকপা মরাং কায়বদগী মশা করে, নোয় পেলে। খা অকিরোম লৈরগা খুন অদুগী কুম্মৈ তৌই। খুন অহুগী মীয়াম— মুপা মুপী, পাথং-লৈশাবীশিংনা হরাও তয়াম্না ইরাঙ লাঙই। থাঙ-তা পায়হুনা জগোয় শাই, ঈশৈ শকই। অচা অথক কয়া লাঙহুনা চামীমৈ-থকমীমৈ। খম্বতোনস্ন মখোয়গী মরক্তা য়াওই; চায় থকই হর ওনা কুম্মৈ য়েংই।

মুমিং তারক্লে। হায়ঙুম মী অমা-অনি লাক্লুনা খম্বতোনগী চান-থক্লবা পুরকই। মহাক চাক-ঈশিং চারগা তুমক্লে। হেক তুমথজিবদা খম্বতোন মঙ অমা মঙই। মঙ অহুদা মহাক খুন অহুদা অহুম্মক লৈ হায়হুনা তৌরম্মী। মী খরা লাক্লগা মহাকপু পুন্দুনা পুই। লাইশঙ অমগী মমাংদা মহাকপু থৌরবা থাঙ অমনা মঙক কক্লে হায়বগী মওংদা উরম্মী। মতম অহুদা খম্ব-তোনগী মমানা লাওরকই: "ইমাগী ইবুংঙো খম্বতোন, ইমা লৈরি, মহাক করিমতা বাগনু। ইমা লৈরিঙৈদা কনামহুনা ইচাগী তুবুম নাম্বা শোকপা ঙম্নেহি।" খম্বতোন মীকপ খঙথোক থোকই। ফমুংদগী কুক হোগংলি। মীচিক মীরাংথোল অমত্তা তাদে। মহাক মমঙনী হায়ব খঙলক্লে। খম্বতোন মমা মশক

খঙহৌদে। মহাক পোকপগা মন্না লৈখিদে হায়। অদুবু যাগী মমঙদা মযাগী মশক উৎলম্বা অমদি মখোল তাহল্লম্বা অদু খম্ব তোনগী মমিত্তা শংশঙ উদুনা লৈরে, খোজেলদুনা মনাকোংদা খোম্থাং লৈনা চংদুনা লৈরে। অহৌং নোংশোয়বা মহাক মমিং উইশিনবা য়াগ্রে, তুমথবা ঙমগ্রে। থোক্লবা য়াবা খুদোংথীবা কয়া খল্লুবদা মহক মফমদু থাদোক্কনা চেনথ্রগে খল্লে।

অহৌং মমৈ ওইরক্লে, মোংঙাল্লমদাই য়ৌরক্লে। মেঙ্গোম্বগী য়েনবাশিংনা খোংবা হৌরক্লে। নোংঙান্দ্রিরৈঙদা মফম অদুদগী লাপ্না চৎখিদবা য়াদে খল্লদুনা খম্বতোন ফমুংদগী হৌগৎলী। খোঙ হাংদোক্কনা য়েংবদা পুথ্রম মম্মী। কখিম্ব উবা ফংদে। মহাক নাশোল পীক্লা খুনিঙ কাঙদুনা মপাল থোরক্লে। অদুবু কদোমদা চৎকনী; লম্বীস্ত খঙদে। অদুবু মথ্বায় হিক্তনবা চেন্নবদি য়াদে খন্দুনা মহাক মাইকৈ অমদা হেক্তা চেনবা হৌরক্লে। খুন অদু উচীন-নাচীমা লাম্থোরক্লে, চীংগী শুক্লবা মোংশোঙ অমা য়ৌরক্লে। শুক্লবা মোংশোঙ অদুগী মরক্তা খম্বতোন কমা চেল্লী। কখিঙম্বদা থুদী থীজিল্লী, কখিঙম্বদা উরী-বারীদা মখোঙ লৌদুনা উপথুননা তুশিল্লী। অম্মুম্না মহাক ফনা শাংনা চেল্লক্লে। নোংঙালি ঙালি হৌরকপগী অদুবাইদা মহাকী মতুংদা থাপতক্লা তুই খোংবা তারকই। মহাক অম্মুম চেল্লী, অদুবু তুই খোংবগী মখোল অদুম্ব অম্মুম নকশিন্না তারকই। ইকুয় কুইদনা তুই অদু মহাকী মতুঙমক্তদা লৈরম্লে। খম্বতোম্না য়েংখোকখিবদা তুইত্তা নত্তনা মথুত্তা থাঙ তা, লীকুং তেন পায়দুনা তাম্মরকপা উরে। মখোয়গী মরক্তা থ্বাইদগী মাঙ থাবা অদুনা খম্বতোনবু লরাইগী মশম পাইদুনা ফায়। য়াম্না মুংশিহৈতন। মশম অদু পায়দুনা চিংই, নোম্মী অদুগা মমাঙলোমদা কম্না ইম্থুবদা খম্বতোন মমায় উপশিন্দুনা লৈমায়দা তাই। মীয়াম অদুনা মহাকপু মথুং তুংদুমরদুনা চিং-দুনা পুরক্লে।

খুন য়ৌবদা লোং পুমঙ্গান ঙাল্লে। মীয়াম্না কুইন্না য়েংবগুম লেপ-লেপতুনা য়েংহুনা লৈরম্মী। মখোয়না খম্বতোনবু ক্লাইশঙ অহুগী মমাঙমক্তদা পুন্দুনা থমগ্রে। থাঙ অচৌবা পায়বা শা-নোয়বা নিপা অমনা থাঙ অহু মরেঙবান্দা খোংলহুনা খম্বতোনগী মনাক্তা লেপ্লগা য়াথং ঙাইহুনা লৈগ্রে।

ঙৈহাক লৈরগা নিংথৌ খোরকলে। মমিং অহু ঈমুক ঙাংনা শাওহুনা খম্বতোন্দা য়েংই। 'নঙনা ফনা চেন্দুনম্মু হিঙলরোই' হায়বগী মওংদা রা থরা ঙাঙলগা ফাক ফাক নোকই। নিংথৌগী য়াথং ফংলহুনা মীয়াম্না চোং ফন্দুনা হরাওনা জগোয় শাবা হৌ-রক্লে। থাঙ পায়বা শানোয়বা নিপাহু থাঙ অদু লেংথোনহুনা খম্বতোনগী মনাক্তা অতুম্বক লেপ্লী। কুইন্ম অহুদা মীয়ামহু মমিং ওন্দবমথৌ পুক্লিং চঙনা য়েংই। নিংথৌ, থাঙ পায়বা অমদি অঙম অখো কয়া কুইন্মদা পুক্লিং চঙনরী। খুন অহুগী মীয়াম পুম্নমক মমীং কুপঙবমথৌ ময়া কানা য়েঙনরী। মরক অসিদা খম্বতোম্না মথুং তুংবুম্না পুল্লিবা থৌরিহু থোকপা লাক্লে, থদংপা লাক্লে। অহুবু চাউগ্রবা থৌরিহু থদংপা হায়বসি অরায়বা নত্তে। খম্বতোম্না মমঙদা উখিবহুমক চপ মাম্না থোক্লরবদা কবি তোগদগে খঙদনা জ্ঞান ঙাদনা লৈগ্রে। মহাক শোয়দনা শিরগনী থনগ্রে। মপুবোক্লা চৌংদা কাগনু হায়না কয়ারক হম্না হায়খিবনী। অহুবু মহাক্লা মপুবোক্লা হায়বা ইন্দবদগী অরাবা কয়া অসি নংলরিবনী হায়না মহাক মথুম্তবু চৈজ্জে। অহল-লমম্না হায়বা ইন্দ্রবদি রাজসনু হায়হুনা মথম্তগী মপুক্লিংবু মথম্ত থেমজিনজ্জে। খম্বতোন ময়ুম য়ৌদনা মপুবোক উমদনা শির-গনী থনবদা মমিংতগী মপী চহুম চহুম শীজ্জে। নাম্বোক্লবগী পান্থ লৈত্রবদা মহাক শোয়দনা শিরগনী হায়না লেপ্লে। মপুক্লিংদা মপুবোক নীংশিংহুনা খুক্লমজ্জে, মমাম্বা ময়াম নীংশিংজ্জে,

মমঙদা মমানী হায়না উৎপীরম্বা শক্তম অহুবু মথঙ্খোয়দা চেৎনা কোনশিল্লহনা শিননবগী মতম ঙাইহনা লৈরে।

ঙৈহাক লৈরগা, মীয়াম্বা কুইশ্বদা মীৎ কুপতবমথৈ য়েংহনা লৈনরিঙৈ মরক অসিদা খম্বতোনগী মনাক্তা মুপী অমা চঙলকই। মুপী অহুনা খম্বতোনবু পুল্লিবা থৌরি অহু থুনা য়াঙনা থোক্লগা হায়রকই: "নথায় হিঙনবা চেনথো।" অম্ক কুইবা মতম অসি খম্বতোন মমাগোন অমুক্তা ভাবা ফংলক্তবনী। অহুবু য়ারবা ভানফম অহুদা মাগী মরোম্দা বা ঙাঙলকপা ভাবদা হায়কম খঙদনা মুঙাইবা পোকই। অদুবু খম্বতোন মুপীহু মশক উবা ফংহৌদে। মখোলদগী মুপীনী হায়বা খঙহৌবতনী। মাবু থাদোকপিরম্লগা মুপীহু মীরক্তা অহুম্মক চঙরে।

---

# তরেৎশুবা

খম্বতোন থীজবা তৌদনা চেনবা হৌরক্লে। হন্দমুক্তি মহাক্না অহীংদা চেনখিবা অত্তুদগী হেন্না য়াম্না চেল্লী। থরায় হিঙন-বগীদমক চুমজবা থাদুনা চেল্লী। খম্বতোন নুমিৎচুপ্পাতুমা চেল্লে। নুমিদাংবাইরম য়োরক্লবদা মহাক চোকথবনা মখা তানা চেনবা চুম্লক্লে অত্তুবু চেন্দবদী য়াদে। চেনবা হেক লেপ্লদা মহাকপু অমুক ফাখীগদ্রা খনবদগী মহাক চেনবা লেপ্লে। অত্তুবু চেল্লী হায়বদু মতাংগী মঙমদা ইশান শান্দে। করিগুম্বদা খুদি থীজিন্দুনা লৈমায়দা উবথুননা তুশিল্লী; করিগুম্বদা উরী-বারীনা পন্দুনা তুশিল্লী। মশা পুম্না ঈপোপ পোপলে; তিংখং-তিঙলাঙনা খোংপদা মশাদু ঈহিং-নাইখিং শারে। অত্তুবু কৈনা তাম্নবা শর্জীগুম খম্বতোন হিঙনবা চেল্লী। করিগুম্বদা চুম্লবা চাংদোন্দা চেনখংলী। করিগুম্বদা চুম্লবা চাংচেপ্লু চেল্লী। খম্বতোন মশা পুম্না হুমাংনা পুমচোং চোংলে। মশাদা নম্বনা মহাক্না শেংলী ইল্লীবা ফিরোল পুম্নমক হুমাংতনা নোং চোংপগুমদ্রে। মহাক্না চেম্না চেম্না তৌবোং অত্তু মখু ভদ কিশিল্লী, মকুবীং অত্তু লৌ-খোক্তুনা শুমদোকপদা হুমাংতনা ঈশিংগুম তারকই। ফুরীং অত্তুনা মমায় মমিং অত্তু তৈথোকই। মশা অত্তু খরা য়াংবগুম তৌই। খম্বতোন হেন্না কম্না চেনখংলী, লেপ্তুনা চেল্লী। চেম্না চেম্না মরক মরক্তা তুং হন্না হন্না য়েংই তাম্নরক্লমগদবোই নীংই। অম্মুম চেল্লকপনা নুমিৎ তারি তারি তৌরকপদা খম্বতোন চেনবা লেপলে। মহাক্না শ্বর থবেং থবেং হেন্দুনা তুংলোমদা ওল্লগা তাম্না তাম্না য়েংই। কনাগুম্বন তাম্নরকপগী শামিন ফংদে, চুই খোংবগী মখোল তাদে। মহাক কয়াম লাপ্না চেল্লকলবগে হায়বা মহাক তশেংনা খঙত্রবত্রু মহাক চাংলোন কয়া লাম্না চেল্লকলে

হায়বা খঙলে। মহাক থোক্টদোকপা অয়াব' নংলরোই খল্লহনা মকম অহুদা কমথরে। কম্মথগে হোৎনবদা খঙহৌদনা লোংনা ছুত্রে, নীংশিংবা থোক্তনা বান্থত্রে।

খম্বতোন জ্ঞন তারকপদা মহাক কয়াম কুইনা ব'ঙ্করবগে খঙবা ঙমদে। মশা অহ ঈচোক চোকথৈ। হৌগৎকে হোৎনৈ, অদুবু মশা পুম্বা চোকথমনখিবনা লেঙবা কাওবা ঙমত্রে। ঈহিং-নাইহিং শারবা মখোঙ অনিহু চীক-চীক লাওনা অনবা কাওরক্লে। অম্মুম্না মহাক হুমিৎ কয়ানিমুক লেঙ-ওৎপা ঙমদনা লোঙনা হীপতুনা লৈত্রে। চান-থক্লবা করিমতা খিবা ঙমদনা মতম কুইনা হিপতুনা লৈত্রে।

নিলী হম্মী লৈরগা খম্বতোন চোকথবা করে, লেঙ-ওৎপা ঙম্রে। হৌগৎতুনা কম্বম্ম ঙম্রে। অদুবু হৌগৎকে হোৎনবদা, মতম কুইনা নাকরবগুম, ঈশোন শোনবগুম তৌই। বানা হোৎনহনা খম্বতোম হৌগৎলী। খোঙকাপ অমা অনি থাংই। অদুবু কদোমদা চৎকদগে অমদি কদোম পাংনা চৎলগা মযুম য়ৌগদগে হায়বা খঙদে। মহাক অয়াং-পাংনা চৎপা হৌরকই। কুইনা চারক্তবনা মহাক অয়াম-খৌয়াংবা কাওরকই। অম্মুম চৎনা চৎনা উহৈ-বাহৈ অমদি ঈশিংথোং খিবা হৌরকই। ইকুই কুইদনা উহৈ থরা কংলে; খম্বতোন হেক্তুনা চারে। মনাক নকপা অহু-বাইদা ঈশিং থোং অমম্মু থেংনরে, ঈশিং পেয়া থকচীল্লে। চোকথরবা মশাহু থরা তেকথৎনবা হায়দুনা ঈশিংথোং অহুদা ইক্ল-মাইথজথোক্লে, মকী মরোন শুদোক চামাথ'ক্লে। খম্বতোন মশা তেকথৎলে। হায়া. স্বাংরম্বা চোকথয়ম্বা পুমুমক করে। খম্ব-তোন থোঙলৈ থুনা মমুম খোনবা চৎপা শৌরক্লে। অহীং কয়া হুংথিল কয়া অম্মুম চৎলী। করিঙুম্বদা লমশকী শ-কৈ কয়া থেংনৈ; মযাঙমক্তদা কৈনা শমহনা চৎখিবা, যোংশোঙ অমলগী নারক অমা তাম্না বাংনা চোংহুনা চৎখিবা থেংনৈ। অদুবু

খম্বতোন মপুক্লিংদা থুকৎপা অমত্তা লৈতে। মশাদা অকিবা পোক্কে। করিগুম্বা মক্মদসু শঙ্গী শঙাই কাওলুপ কাওলুপ শান্ন-রম্বা থেংলৈ ; খম্বতোন মমিৎ কুপ্তরমথৈ য়েংলে। পুন্নমক অসি উরগা খম্বতোন্না খল্লী : "শা উচেকশিং অসিবু চীং-মান নারক শীংলক্লা অমুখক পুক্সি মরেল্লী, অকং-অকংবা চাহুনা অহুম্মক মহিংই ; অহুবু ঐখোয় মীওইবনা য়ুমতবু অমুক নীংজিবসি করি-গীনো?" অদুক খঞ্জবতলী। খল্লু খল্লুরগা মহাক মথুম কুংশিবা অম্তুম হেল্লকই ; মপুবোক অমদি মামান্নবশিং হেন্না হেন্না নিংশিং-লকই। অম্তুম নী·শিং নী·শিংনা খম্বতোন চী·দোন অমদগী চীংদোন অমা লান্না চৎলী। অতৌও ওইরক্লবদা উখোঙ অমদা লৈহাক ঙাখহুনা ভূম্মী। অমুক নোং কুং ঙানবদা অমুক চৎপা হৌই। অম্নুম্না খম্বতোন মুমিৎ কন্নানিমুক চৎলক্লে।

নোংমা নোং ঙাল্লি ঙাল্লি তৌবদা মহাক চীংদোন অমদা চৎলী। মুমিৎনা নোংপোক থংবা চীংদোন্দগী ছন্দোরকপদা মহাক্লা চৎলিবা চীংদোন অদুদগী য়েংথরকপদা চীংমায় অহু পুমলং লংই। খম্বতোন ঙকই। মহাক ল্লেপতুনা য়েংহুনা লৈ। তশেংনমক চীংমায় অহু মি·শেলগুম্না ইরং লংই। মহাক্লা লং-লিবা অহু করিনো খঙনিংলহুনা চীংদোন্দগী চীংমায় অহুদা খজিক্কং কুমথৈ। চীংমায় অহু অররংবা ঙাক্কনা পীক শল্লী। উ রাম্নু অমত্তা হৌদে। মহ'ক্লা মথুংনা নান্দুনা য়েংবদা মিংশেলগুম্না শ্‌ৎ-শ্‌ৎ নাল্লী। অররংবা অহুদা মুমিৎকী মঙাল্‌ন লৈরবদা খম্ব-তোনগী মমিৎতু ঈথক থকই। মহাক্লা চী খাঙ ফাওবা কুমথবা ঙস্‌া য়েংগে হায়না খোঙকম অমা অনি কুমথৈ। অহুবু খোঙ-কম মতা অমা চাহৌদবদগী খম্বতোন লোকথা তানা ওম্লে। পায়কম খোংকমনা লৈতবনে, খোইদোক্লা অনানব' মক্মগা ওই-বনে খম্বতোন থরো মালো ওম্লে।

# নিপালশুবা

ক্রোকথাদা খয়জোন নীংশিংবা থোক্লকনা রাজ্জকুনা লৈরে। অমান অরুক্পদা, মহাক, মিংশেলগুম লংলবা উ-বা অমত্তা হৈ-দবা চীংডনা ইকোয় কোয়শিনবা লৈতেম মায়বা কুমদম অমদা ভায়দনা লৈরকুরে। মহাক্না কোয়না য়েংরম্মা লংলবা চীংপাংকল্লা ইকোয় কোয়দনা লৈরি। মথক্কনা শেংঙবা অঙ্কিয়া উই।

খয়জোন মুক ক্লোপংঙী; মথুং মপা, মখোঙ মথুং লেককপা হায়না মথুং হাইদুনা, কোং মুন্দুনা য়েংই, কনিস্থ ভোৈদে। মাতুং শমগী অহুবাইদা ঈং-শ্রীং লাওরা অমা অঙকপাগুম ডোই। মহাক্না মাহনা য়েংবদা ই খরা থোক্পা ঙংলৈ। লুমমক্কী-অদু বাইদা খুরা শোক্লে, অদুবু অহুক হাক্লা খাৎলনা শোকপাদি নখে শুকই, পুরায়নচিংবদা খরা থরা হুবালংলী।

খয়জোন লৈচেম মাঙবা কুমদম অহুবা কোয়না চঙডুনা য়েংই। মকমডু বাংলবা চীংডনা মাইকৈ মখিমক কোয়শিল্লী। চীংমোয় খুদিংমক মিংশেলগুম লংই। মহাক্না লৈরিবা লৈচেম মায়বা কুমদম অহুম্ম ইরং লুংই। লৈরাক মশক উবা ফংদে, উ বা, নাপী শীংরী অমত্তা হৈদে। লংলিবা পোং অহু কদি ওইরিগদ্গে, খল্লুনা খয়জোগা মুম্মা য়েংই। ফকতোকপা লাকই। অহানবদা মহাক্না ফক্তোকপা ঙমলোইদৌবগুম খল্লুই অদুবু মথুং-ডনা ঈরায় লায়না ফকতোকপা ঙম্মদা মহাক হেম্ম ডকই। মহাক্না ফকলিবা অরংবা পোংশক অহু করিনো হায়বা মহাক খঙবা ঙমদে, অদুবু অপাবা মিংশেলগুম ইরং লংবা মরোল মরোল পোমবা পোংশক অমনি। মকম্ম অহুগী চীং, লোক তাই পুম্ম-মকতু হায়রিবা অরংবা পোংশক অস্রিতনা কুপতুন লৈবা মকম

অমনি হায়বসি খম্বতোম্না খঙলে। মহাক্না হন্না হন্না কয়ারক কোয়না চৎতুনা য়েংই। চীংথকলোমদা কাখৎকে হোৎনৈ, অদুবু খোঙকাপ অনিশুনা কাখৎপা ঙমদে, হেক্না নাম্বুরকই। খম্বতোম্না মহাক অরাবদা অমুক হন্না ভারে হায়না খল্লী। মহাক কয়দৌনা চীংনা ঈকোয় কোয়শিনবা লোক্লুং অদুদগী থোক্কদগে খনফম থোকখিস্রে।

খম্বতোন মফম অদুদা চাদ-থক্লুনা নুমিৎ কয়ানিরোম লেপ্লক্রে। মহাক্না খল্লী শুরুংদা লৈবগা মফম অদুদা লৈবগা করিম্নু খেন্নদে। খেন্নবা হায়বমক্তবু শুরুংদনা নুমিৎ মশক উবা ফংদে, মফমদুদনা ফংই। শেংলবা অভিয়া, ঙৌরবা লৈচীল লোয়না উবা ফংই। নুমিৎ য়ুংলকপা মতমদা মাইকৈ থুদিঙগী অরংবা ময়ামদুনা নুংশাগী মৈশা পুম্বা মঙোন্দা পীশল্লকপগুম ভৌই, অদুনা নুমিৎ য়ু'বা মতম'স খম্বতোনগী থ্বাইদগী রাবা মতম্নী। করিগুম্বনা খম্বতোম্না কাখৎনবা ফনা হোনৈ। অদুবু খোঙকম অমত্তা থাফম লৈত্তে, থুংন পায়ফম অমত্তা লৈত্তে। চীং অদু মিংশেলমুক নাল্লী' মিংশেনগা চপ মান্নৈ।

মতৌ অম্বুম্না খম্বতোন চীংনা ঈকোয় কোয়শিনবা লোক্লুং অদুদা চাদ-থক্লুনা নুমিৎ কযানিমুক লৈপ্রে। মহাক্না কোয়না অম্বুম চৎতুনা চান-থক্লুবা করিগুম্বা ফংব্রা নত্রগনা থোকখিবা য়াবা মফম লৈব্রা হায়দুনা য়েংই। অম্বুম কোয়না কোয়না চৎলী, মফম অমদা তুমথোকই, মচী অমদা পোথাই, অমুক চৎলী। নুমিৎ কয়ানীমুক হৌখ্রে। চানবা অমত্তা ফংদে, থক্লুবা ঈশিং লৈত্তে, থোকখিবা য়াবগী উপাই লৈত্তে। খম্বতোন কুইনা চাদ-থক্লুবনা রায়ে. চোকথরে। মফমদুদা করিগুম্বা উনা রানা থরদা ওইরবস্নু ফংলম্লবদি মহাক উনা রানাশিংদু চারমগদৌবনি।

নোংমা অয়ুক অঙনবনি। খম্বতোম্না নহানমথৈ অমুক্কা য়ৌবা ঙমদবা লোইরোয়না ঙমথখিবা মফম অমদা মহাক চৎলী।

খঙহৌদনা। নুঙ মরক্তা ঈশিং চেনবগী মখোল তারকই। মহাক মকমতু তামা চঙশিল্লী। তুরেল মচা অমা খম্বতোনগী মমাঙ-মক্তদা লৈরে। খম্বতোম্বা মতু মাগী মমঙ ওইরমগদ্রা খল্লী। মীকপ থোক্লকপ্রা হায়দুনা মকোক নোমদুনা মথুং মশা হাইদুনা য়েংই। অদুবু মহাক তশেংনমক তাইবঙনি হায়বা খঙলে। মহাক্না চেনশিন্দুনা ঈশিং খুজোক খুজোক থকই। অরাম খোরাং পুম্নমক কোক্লবোই খঙ্গে মশা ঈতেক তেকখংলী। মহাক্না তুরেল অদুগী মরীল অদু অসুম য়েংই। তুরেল অদু চীং অমগী চীংনুংতুংতগী চেনশিল্লকলগা অতোপ্পা চীংনুংতুং অমদা চেপ্লোকখি। খম্বতোম্বা খল্লী: "ঐবু তুরেল-অসিগী মরীন্দা ঈরোইদুনা চংশ্রসিরা? করিগুম্বা চীংনুংতুং অসিদা হাম্নগী শুকং অদুগী মতেংগুম থোককম খঙব্রবদি কমদোনী? অদুবু মকম অসিদা অসুম লৈরবদি চানিং-ঙাই থকনিংঙাই লৈতদুনা শোয়দনা শিবা তাই। অদুগা তুরেল অসিদা ঈরোইদুনা চংশ্রবদি লাইবক লৈরবদি হিংবস্ত রাই। অসুম্না খন্দুনা খম্বতোন তুরেল অদুদা কুমথদুনা ঈরোইবা হৌরকলে।

মহাক্না ঈরোইদুনা চংলবা মতুংদা চীংনুং তুং অদু পুম্নমক মমপ্রে কয়াম শাংনা ঈরোইদুনা চংখিগদগে হায়বা মহাক খঙদে। মখোঙ-মথুং হোংতুনা অসুম চংলী। ঈশিং অদু লেপ ফংবস্তু নত্তে, মহাক রাবনা মশা অদু পুমচোক চোকখরে। কুইনা চারক-থক্লকতবগী রাবনে, কুইনা লেপতনা ঈরোইরকপগী রাবনে, খম্বতোন খাঙকম খঙখিদ্রে। অদুগীসু পুম্নম মম্বা মমম ওইবনা মাইকৈসু খঙদে। মহাক্না হেক খঙবা হাযবমক্তবু মহাক ঈশিংদা ঈরোইরি হায়বা অসিতনি। করিগুম্বদা চীং.ল মদা লকশিল্লবদা চীংগী লৈরাইদা থেংজিল্লী, অমুক খরা হন্দোকতুনা ঈরোই, অমরোমদা অমুক থেংজিল্লি। অসুম ঈরোইবদা মতম কয়া হৌরে। খম্বতোন মখা তানা ঈরোইদা ঙম্লক্লে, মখোঙ মথুং

হোংপা ঙমক্তে। মহাক জ্ঞান মাঙক্লে। মথুং হোংলগা, মখোঙ কাওই হায়রবক্তুমঙাই মহাক থর-থর লুপথবা হৌরক্লে। মহাক্না ফনা কম্না হোংহুনা, মঙক থাঙ্গংহুনসু কাম্নখিল্লে। থর-থর অস্তুম লুপথখিবদগী খম্বতোন মশা 'পুম্না ঈশিংদা লুপংল্লে।

---

# মাপনশুবা

খম্বতোম্বা জ্ঞান থর-থর তারকপা মতমদা মহাক ভুবনেল অহুগী মফায়দা লৈবা চাউরবা নুংজাও অমগী মথক্তা লৈরম্মী। নুং অহু ঈশিংগী ঈমায়দগী থরুতমক হেনগংপনা খম্বতোনগী মকোকতগী মথাঙ ফাওবা নুংগী মথক্তা, মথাঙদগী মখোঙ কাওবনা ঈশিং মনুংদা লৈ। মহাক্না অহানবা জ্ঞান থর থর লাকপা মতমদা মহাক কদায়দা লৈরিবনো হায়বহু খঙবা ঙমদে। মশা অহু ঈচোক চোক বনা মহাক মুক হেক হৌগংপসু ঙমদে। মহাক্না অসুম নীংশিংবদা মহাক অমম্বা চীংনুং হুং অহুগী মনুংদা চোকথরবা মশাদু ভাওহম্নবগীদমক ঙমজবা মপাঙ্গল থাহুনা মখোঙ মথুং হোংখিবহু নীংশিংই। মহুগী মতুংদা করি করি থোকখিবগে মহাক অমম্তা খঙনা ঙমদে। মতম থরা ঈশিংদা লুপ লুবা অমদি ঈশিং থবা থকখিবনা মহাক শ্বর চনিঙ তানা হোনবা ঙমদে। মরক মরক্তা হকথী তোয়না তোয়না থল্লী। খম্বতোম্বা মমীং পাঙথোক্তুনা য়েংবদা নুংশা মাক্তা শারম্বনা মহাক্না লৈরীবা মফমহু চীংনুংহুং অহু নত্রে, মহুগী মপান্দনী হায়বা খঙলে।

মহাক্না মমায় অহু থাঙ্গৎতুনা কোয়রৈ লৈহুনা য়েংবদা মহাক্না লৈরবীবা মফম অহু ঙম্লবা ৱাংলবা চীংজাও অনিগী মরক্তা লৈবা তুরেল অমগী ময়ায়দনী হায়রবস্থু খঙলে। তুংলোমদা য়েংবদা তুরেল অহু মিংনা উবা ফংবা মফম ফাওবা উদ্রি। মমাঙ-লোমদা য়েংবদা তুরেলহু মমাঙদগী খিত্তং লাপ্পা মফম অমদা লোইশিনখিবগুম উই। খম্বতোম্না নুং অদুগী মথক্তা কাখৎলগা য়েংবা মতমদা তুরেলগী ঈশিংহু লোকখারোমদা ঈশিং চাইবী ওইনা ঈচেল কম্না হৈখগ্রি। ঈশিং অহুনা লোকখাদা য়ৈরুবদা থোরকপা মখোলতনা মফমহু পুমনিল নিল্লী। ঈশিং অহু লোকখাগী নুংদা য়ৈরুবদা থোরকপা ঈশিং মরীক মরীক্না অকোয়বা মফম অহু লৈচীন থাবগুম পুম্মম মম্মী। খম্বতোম্না খল্লী: "লাইগী নোংদম্না করিগুম্না ঐহাক নুং অসিদা পল্লমত্রবদি ঐ অহুম্মক মীকপ থোক্কনা শিরম্লগদবনি। অহুবু ঈশ্বর হায়বহু লৈতবদি নত্তে, ঐবু কনবীগে মতাগুম নুংজাও অসি খম্বীরমহুনা ঐবু পলহনবীরি, নংলমত্রবদি ঐহাক তুরেল অসিগী ঈচেলগা ঈরোইননা ঈশিংচায়বী ওইনা লোকখাদা তাহুনা শিরম্লগদবনী।" অমুম্না খন্দুনা খম্বতোম্না নুং অহুদা হাম্নগুম অমুক হীপথরগা নুংজাও অহুবু কোঙ্গে।

খম্বতোম্না অমুক হম্না নুংজাও অহুদা লৈপখৎতুনা নাক য়েং অমদি অকোয়বদা য়েংলকপদা উ-ৱা অমতা হোদবা নুংজাও অমদি নুংপাক ঙাক্তা ঙায়বা ঙম্লবা চীংশাং অনিনা তুরেল অহু চপলী। মহাক্না মাইকৈ অনিমক হোং হোংদুনা অম্সুম য়েংবদা ঘুম অমুক চাউবা নুংজাও কয়ানা চীংমায় অহু থম্না লৈল্রি। ৱাংপ্রবা চীং অহুগী মতোন অমদা উজাও অমতং নায়তোম হৌবা উই। মহাক্না য়েংখংখিবদা উ অহু পীশক পীক্না উই। অহুবু চীং অহু ৱাংবনা নকশিল্লবদি উ অহু শোয়দনা ৱাং চাউরমগনি খল্লী।

তোঙান-তোঙানবা মকমশিং কোয়না য়েংলুরগা খম্বতোম্না মকম অহুদগী ভরাই-ভরাইনা নাম্থোকপা শুমগনি হায়বা খাজল্লে। মহাক্না লৈরিবা মকম অহুগী মওং মতৌ অহু অম্তুম য়েংলগা মীওইবদি লায়রব্রনা শা উচেক কাওবনা মকমহু অমুক্তা য়ৌরমগনি হায়বসি খম্বতোম্না খাজবা শুমদে।

খম্বতোম্না অম্তুম কোয়না য়েংবা লে ইরগা নুংজাও অহুদগী কুমথহুনা ভুরেল অদু লাম্থোক্লে। ভুরেল অহু খোইনা পুংল্লু ল্লুদে; খম্বতোনগী মখাঙ কাওবহেমক য়ৌই। ভুরেল অহুন্ন নুংজাও অমদি নুংকুপহনা পীক খল্লী। মহাক্না ভুরেল অহু লাম্থোক্লগা তোর্ব্বান্দা কাখৎলে। তোর্ববান অহু লোইরোয় শুমখৎ-লগা চপ য়ুংনা শুম্নবা চীং অহুগা অমত্তা ওইনা শম্নখ্রি। খম্বতোম্না তোর্ববানগী অশম্বা অহু কাখৎলগা চীং অহু কাগেহোৎনৈ। অহুবু ফক্লাংগুম চপ য়ুংনা শুম্বা চীং ওইবনা মহাক খোঙকম অমকাওবা খাক্লবা শুমদে। চীংমায়দগী হেম্দোক-হেম্দোক্তুনা খিল্লীবা য়ুম অমুক চাউবা নুংজাও কয়াহু কিম্থরক্তুনা মহাকপু নল্লগদৌবোয় হেক নীংই। মহাক তোর্ব্বান অহুদা কনা লাপ্লাকাওবা চক্তুনা য়েংই অহুবু মকমহু শা উচেক লৈবগী প্রমান্ অমত্তা কংদে। উ-বা হৌদবনা উহৈ বাহৈ অমত্তম্ব চানিঙাই লৈতে। ভুরেলগী নাকল অমদা চৎপমথৈ চৎলগা মহাক্না ভুরেল অহু অমুক লান-খোক্তুনা অতোপ্পা তোর্ব্বান অদোমদা অমুক কাখৎলে। মহাক্না অচোৎপা মফী মরোল অহু মুংশাদা ফৌদোকই। ঙৈহাক লৈরগা মহাক্না তোর্ব্বান অদোমদা অমুক কোয়না চৎপা হৌরক্লে। চীং কাগে হোৎনৈ কাবা শুমদে। চীংখায় অনিহু খেম্নবা অমত্তা লৈত্তে, তোর্বান অনিহুম্ব চপ মাত্নৈ। হোৎথৈ হোৎনরগা চীং কাবা শুমজ্রবদা অমুক কুমথরক্তুনা ভুরেল মপান্দা কপ্পী। অম্তুম্না কোয়চৎ চৎলিঙৈদা মুমিং লৈখল্লে। ঙৈহাক লৈরগা মুমিং তাল্লে। খম্বতোন চানিংঙাই করিম্নু লৈতবনা ঈশিংনা মপুক থুম্বা

থকচিল্লগা তোব'বান্দগী থক্না হাইগংলগা চৌংখোঙদা লৈবা ম্‌ংজাও অপাকপা অমদা হৌপথরে। মহাক্না লোংশ্রাক লোংনা হীপলগা অসুম হল্লী: "করি সুংগীদমক এৈনা ইপুবোক্না হায়বা ইক্না চৌং কারকলিবনো। চৌং কাহকপদগী কয়াদা অরাবা নংলবনোসে—অরাবা অমগী মথঙদা অরাবা অমা। হৌজিক্তি এৈ যুমদা হনবা ঙমগনি হায়বগী আশাসু লৈত্রে। অতৈ মকম অমদা চংলুরবসু অসিদগী হেন্না অরাবা নংবা য়াই। মকম অসিদা অসুম লৈতুনা পূক্সি লেল্লগে, শিবা ঙাইতুনা লৈরগে।" অসুম্না রাথল মণ্ডল মণ্ডল খন্দ্‌নুনা মহাক অহিং অতু মীকপ অমত্তা ত্‌মদনা নোং ঙালক্লে।

অসুম্না নুমিৎ কয়ানী কৌব্রে। খম্বতোন করিগুম্বা অমত্তা চারক্তবা কুইরক্লে; লাম্বনসু থাঙকম থঙক্রে। ঈশিংতু থক্ত্‌না নুমিৎ কয়ানি অমসু লেল্লক্লে। তৌনিংঙাই লৈতবনা নোংমা খম্বতোম্না তুরেল মপান্দা অসুম ন্‌ং খোক্ত্‌না শাম্বদা চাউরবা রায়থ্‌ অমথক থেংনৈ। খম্বতোন অন্তা' ওইরিত্তৈদগী হৌনা রায়থ্‌ কাবা য়াম্না হৈরকই। শঙাইথেলগী তুরেল মচা অতুদা মহাক্না ইতং-তুতন' রাইথ্‌ কাতুনা শাম্বরকই। থেম্ববা হায়বমক্তদু খম্বতোম্না থেংনরিবা রায়থ্‌ অতু মহাক্না কাম্না থেংনশিবা রায়থ্‌দগী শক্লক অহুমলোম চউই। মহাক্না রায়থ্‌ অতু ক'রে। অহৈসু লৈরম্বা য়াই খন্দুনা মহাক্না তুরেলদ' কন চোংথ চোংথতুনা নুং মরক্তা থুং চুম্বদা র'য়থ্‌না পীক থম্না থেংনরে। মহাক্না থুং অমুক্তং চুম্বদা রায়থ্‌ অহুম মরি ফ'য়। অসুম্না মহাক্না রায়থ্‌ তেরামুক ফারগা ক'কালদা কাথংলে। তোব'গানগী নুং অমদা কমতুনা খম্বতো'ম্না রায়থুশিং অতু চারে। কাম্নদগী হৌমা হিংনা চাবা হৈনরক্লবনিনা মহাক রায়থু অহিংবা চাবদা খোইনা হৈনদবা পোক-ত্তে। রায়থু চাবা লোইরগা মহাক্না ঈশিং থুজোক মরি-মত্তা থকচিল্লে; অরাম থৌরাংবা পূমকোক কোকল্লে।

অম্মুম্না থম্বতোনগী নোংমা নোংমগী মথৌ হায়ববু অয়ুক্তা তুরেল কুমথক্তুনা ম্বায়খু ফাবা, চাবা, তুরেল লাম্থোক্তুনা তোববান অমদগী অময়োমদা চথোক চংশিন তৌবা, মহাক্না হেক চংপা য়াবা মফম মথৈ চংতুনা কোম্নয়েং য়েংবা, রারবা মতমদা পোথাবা অমদি নুমিদাং ওইরক্লবা মতমদা তুমবা অসিনী। মহাক্না রায়খু থিবদা কোঙ্গুঙস্নু থেংনৈ। রায়খুতা চাবদা নুঙাইরক্লবা মতমদা মহাক্না কোঙ্গুঙস্নু অতুম্বক চায়।

অম্মুম্না থম্বতোন নোংমা নোংমগী মথুং থেক্লুনা পাই। নোংমা হৌখিবা থুদোং মহাক্না অহাঙবা মফম অমদা নুং মচা অমমম থম্মী। নোংমা নোংমগী অম্মুম লেপতনা নুং মচা অমমম হাপচিনবনা মমৈথংদা নুং মপৈ অমা ওইরক্লে, থম্বতোনগী মরেপ হেনগংলক্লে। নোংমা মহাক্না নুংশিং অতু মশীং থীতুনা য়েংই। নুং অতু লিশিং অহুম চাতরুক মরিমুতরেং চপ চানা শুরে। থম্বতোম্না মুশা পারগা মহাক্না মফম অতুদা লৈরকপসি চহি তরা, থা অমগা নুমিং তরেংনি শুরে হায়বা থঙলে।

থম্বতোন চহি তরামরি মপূং ফারকপদা য়ুমদগী মপাল থোরক্লুনা চীং কারকাথবনী। চাহু অনিরোম শুরুং মনুংদা লৈ-ক্লরে। চহি অমরোম চীংশাংদা কোযচং চংতুনা লেল্লক্লে। চহি চহি তরারোমস্নু চীংনুং অতুদা লেল্লক্লে। মহাক হৌজিক চহি কুনতরেং মপূং ফারক্লে।

থম্বতোম্না চহি তরাহুমদোই মযুমদগী চীংশাং কোয়রকপদা থেংনরকপা অরা নুঙাই কযা মথং মথুং নীংশিংই। অহানবা চীং কারকপা নুঙাইথবা, শুরুংদ চঙ থবা, শুরুংদগী মপাল থোরক-খিবা, কুইরবা তুংদা অহানবা মী উবদা নুঙাইখিবা, মীওইবগী মখোল তাবদা হরাওখিবা, থুন অতুদা শিরমগদৌবদগী নাম্থো-রকখিবা, মিংশেলগুম লংলব লোক অমদা তাক্লবা, ঈরোইহুনা লাকখিবা, জ্ঞান তারকপদা থোকফম লৈত্রবদা ঙম্লবা উ রা হৌদবা

ৱাংলবা চীংনা কোয়শিনবা মকম অহুদা চহি ভন্না লেনখিবা ময়াম অসিগী মিকুপ খুদিং নীংশিংবদা খম্বভোন কৱিগুম্বদা হৱাওই কৱিগুম্বদা মতু চুংই। খম্বভোম্না অঙাং ওইৱিৈঙদা মপুবোক্না স্নুমিং খুদিং ৱারী লীবিখিবনা মহাক্না পেবেংকী ৱারী, লাই খুৎশাংবীগী ৱারীদগী ৱামায়ন মহাভারতকী ৱারী ফাওবা মমুং তানা খঙই। ৱামায়ন্দা ৱামনা চহি তৱামরি বোন্দা চৎপদা নংখিবা অৱা-অনা কয়া, অমদি মহাভারত্তা পণ্ডবনা চহি তৱামরি বোন্দা চৎপদা খেংনখিবা অৱাবা কয়াহুগা চাংদম্নক্নৱবদি মহাকী অৱাবা অসিদি কৱিস্নু লৈতবনী হায়না খন্দোক্নুনা খম্বভোম্না মপুক্লিং খেমজিনঞ্জে।

চহি তরারোম মকম অহুদা লৈবসিদা খম্বভোম্না স্নুমিং খুদিংগী মকমহুদগী খোকখিবা ৱাখল থল্লী। চীং অহু কানুবা মহাক্না নোংমগী মনুঙদা কয়ারক হগা হোংলৈ অহুবু অমুক্তা ঙমদে। নোং তান্নগম্ন অমুক ঙমগদবোই নিংহুনা হোংলৈ, অমুক্তা ঙমদে। কৱিগুম্বদা মহাক্না তুৱেল অহুগী মরীন্দা ঈৱোয়হুনা চৎল্লগা ঈশিং চাইবী ওইনা তাপ্পিবা মফমহুদা মহাকসু য়াওল্লসিরা হায়না থল্লী। অহুবু মহু শোয়দনা শিবা য়াই খনবনা মহাক মকম অহুদা হিংবা য়াবমখৈ হিংখিগে হায়না থন্দুনা লৈখিবনি। কৱি-গুম্বদা মহাক্না মহাকস্নু উচেক্নুম্না মশা পাল্লম্নবদি মকম অহুদগী পাইখোকখিহুনা ময়ুম য়োবা ঙম্নমগদবনি হায়না থল্লী। অমুকস্নু মহাক্না মীওইবদা মশা পান্দুনা পাইবা ঙমহল্লমদবগীদমক ঈশ্বরবু ৱারোই। অস্নম্না নিঙমদবা, স্নুভাইতবা কয়া কয়াদা স্নুংবঙননা থল্লুরগা মহাক মথক্তা অমুক খল্লরকই: “ঐ অসিবু ঙাওরবা জাংলা?” অহুবু মহাক অৱাম খোৱাংবা খঙলী, ময়ুম স্নুংশিবা পোক্লী, মপুবোক অমদি মরুপ মপিজাশিং স্নুংশিবা কাওরি অহুনা মহাক ঙাওবমক্তি ঙাওদে হায়হুনা মপুক ফাজিনঞ্জে।

মোংমা খম্বতোন অমুক অঙনবদা অপুম কোয়না চৎপদা মহাক্কী মকোকথক্তা পঙলাপ লাপতনা উগী উরা অমা থেংলে। চবি তরা চুপ্পা মকম অমদা লৈরকপদা মহাক্না উরা অদু নোংমক্তা থেঙনখিদবনী। মহাক্না উরা অদুগী পবিংদা অমুম য়েংখৎ-খিবদা উরা অদু চীংথক কাওবা কাখৎস্ত্রি। চীংথক্তা হৌরীবা উ অদুগী মরা তারকপা লোইদনা ওইরমগনী হায়না মহাক্না লেপ্লে। খম্বতোমা চোংখৎতুনা উরা অদু তাপ পায়তুনা য়ানখ্রে। অদুদগী মহাক্না মখোঙ মথুৎনা য়াম্নুনা অপুম কাখৎলী। চীং অদুগী তংথায় কাওবা য়েৌনা কাখৎত্রি, অদুবু মহাক মশাদু পুমচোক চোকথরে; মশাগোম অনিহু চোকথখিবমা উরা অদুদা য়ানবা ঙমশিল্লক্তে। অমুম থরা থরা কাখৎ-কাখৎনা খম্বতোন চীংদোম য়েৌনা উরা অদুদা য়াম্নুনা কাখৎপা ঙমগনী হায়বা থাজত্রে মহাক য়ানবা ঙম্রক্তনা লোয়দমা মথাদা তাশিন্নুনা শিরগনি হায়না খনখ্রে। অদুবু মহাক থর-থর অমুম শিংকৎ শিংকত্তুনা কাখৎপদা লেপতে। মহাক্না করিগুম্বা মতা চাবা মফমদা মখোঙনা মশাবু শোগংতুনা কাখৎলী। মহাক্কী কোক-তোনমতদা চাউরবা নুংজাও অমা উরে। নুং অদু য়ুম অমুক চাউই; চীংদগী হেন্দোক্নুনা লৈ। নুং অদুমত্তংবু কাখৎপা ঙম্রবদি মহাক মতোন য়েৌবা শোয়দনা ঙম্রগনী হায়না চপ-চুংনা নীংদুনা খম্বতোমা মহাক্কী লৈজবী মপাক্নল থাদুনা উরা অদুদা মশাবু চিংখৎপা লাক্লে। করিগুম্বদা মখোঙ অদুনা নুং অদুদা নেৎ-নেত্তুনা মশাবু শোগংপদা মখোঙগী ছমাং অদুনা শৎ-শৎ নাম্বোকপদা মহাক চীংখা য়েৌনা তারবোয় নীংই। কোক্তুগী তোন কাওবা খাই খাই লাওই; ছমাংনা মশা পুম্বা লুপ্পী। উরাদা মাপ্লিবা মথুং অদুসু ছমাংনা পুমচোৎ চোংলে। কাখংকে হোৎনবা খুদিংগী অমুযুক নাইহেন খোঙকাপ মথি মতাবোমসং মথক্তা কাখৎপা ঙম্রবদি নুংজাও অদুগী মথক্তা তৈহাক কমদুনা

হীপতুনা পোত্থাবা য়াগনি শন্দুনা খম্বতোম্না মখিৎ মনা চেক্তেং উইশিন্দুনা মথোঙ মখুৎকী শক্তি পুথোক্ক্ন্না কাখৎলী। মহাক উচীন-নাচীনা নুংজাও অতুগী মথক য়োরে। হেক য়ৌবগা মহাক নুং অতুদা ঙেক লাঁউনা ফমথৈ। নুং অতু য়ুম অমুক চাউবনা মহাক ঈরায় লায়না কপ্পা চল্লী। খম্বতোম্না কমদুনা ঙৈহাক অরা-পোত্থাগে খনবনি অতুবু মহাক্না হেক ফমথবদা মহাক অতুম্মক তুমংগ্রে, জ্ঞান য়াওদনা রাম্থহনা লৈগ্রে। মহাক কয়াম কুইনা মকম অতুদা জ্ঞান য়াওদনা লৈরুরবগে হায়বা মহাক খঙবা ঙম্দে। অতুবু মহাক্না জ্ঞান ডারকপা মতমদা পুম্নম মমতুনা লৈরম্মী। অহিং ওইরে হায়বা মহাক খঙই। অথুবু মহাক্না লৈরিবা মকম অতু করিনো হায়বা মহাক খঙলুদে। অতুবু মহাক্না হাইফেং লৈ-লৈতুনা য়েংবদা রাংলবা চীং অতুগী ময়ায়দা লৈবা নুংজাও অতুগী মথক্তনি হায়বা মহাক খঙলক্লে। মহাক্না হৌগংকে হোংনৈ অতুবু মশা অপুম্বতু লোইনা চোকথবনা মহাক লেঙবা ফাওবা ঙমদে। মখুং অদু থাঙ্গংকে হোংনৈ, থাঙ্গংপা ঙমদে। অহিং নোং'শোয়বা মহাক মকমদুদা লেপ্লে। নোং ডাল্লকলবদা খম্ব-তোন হৌগংকে হোংনৈ অতুবু মহাক হৌংপদি লায়রতুনা মপাম্বোম থাংগৎপা ফাউবা ঙমদে। মশা অপুম্বতু ঈপোপ পোপতুনা মহাক য়াওনবা ফাওবা ঙমদ্রে। খম্বতোন নুংজাও অতুগী মথক্তা লোংনা হীপতুনা লৈরে। মহাক্না মমায় অতু মথক্তা ওনখৎপনা চীংথক অতু ডশেং ডশেংনা উবা ফংই। চীংদোন অতু মহাক্না লৈরিবা মকম অদুদগী পংলাপ লাপত্রে। মহাক মশা অদু হৌগৎ কাঙথৎপা ঙম্নবদি ঙৈহাক্তংগী মনুংদা মহাক চীংদোন য়ৌবা ঙম্নগনী খল্লী। অতুবু খনবডা মঙায় মহাক হৌগৎপা ফাওবা ঙমদে। নুমিৎ য়ুংবগী মতম য়ৌগ্রক্লবদা খম্বতোন হেন্না রাম্প্রে। নুংশাগী মৈশানা য়ৈশিল্লকপনে, নুংজাও অতুগী শাগৎ-লকপনে মহাক থাঙকম খঙদে। মশা পুম্বা হুমাংনা লুপ্লী।

মহাক চাক লাক্কনা লোইরে; ঈশিং থৌরাংবনদু শিগদৌরে। অদুবু খম্বতোন উপাই লৈতে; হৌগংপা ঙমত্রিকাওবা মশা কনখৎত্রিকাওবা মহাক হৌপতুনা অতুঙক চাদ-থক্কনা লৈবা তারবনী। অদুগা খম্বতোমা হৌগং-কাংথং ঙমদনা লৈরকপা মুখিং মঙাকনি শুজিংরে। মশা চোকথবগীদু মথক্তা চাদ-থক্তবনা অমুক হেন্না শোক্করে। অদুবু কুইনা পে থাবকা মতুং অসিদগী মহাক লেঙ-ওংপা, হৌগৎ-কাঙথংপা থরা থরা ঙম্লক্রে। অদুবু মহাক য়াম্না শেক্করে। উরা অদুদা য়াম্দুনা চৌংদোন কাওবা কাব ঙমগনী হায়বা আশা উরক্রে। উপায় লৈত্রবদা মখারোমদা অমুক কুমথত্রাসিবা হায়না খংরে। অদুবু মখারোমদা কুমথনবা হোংনবগা মথকলোমদা কাখংনবা হোংনবগা চপ মান্না বাগনি হায়বা খঙলদুনা মহাক্না চৌংথকলোমদা কাখংলগে হায়না লেপ্লে। অহিংতুমতং নীংথিনা পোথাবগা মথংগী অয়ুক্তগী মহাক মশা অদু হেন্না কমথংলগনী, মথং অয়ুক ঙন্তা মুখিং খোক্লকতৈদা চৌংথক য়োনা কারগে হায়না লেপ্লদুনা মহাক ঙন্তানা তুমরে।

অয়ুক অঙনবদা খম্বতোন মিকপ থোক্লকপদা মশা অদু হায়দগী হেন্না মুঙাইরে। চৌংদোল য়োনা কাবা ঙম্মগনী খল্লুনা মহাক্না উরা অদু পায়দুনা কাখংপা হৌরক্রে। মতম কুইনা চাদ-থক্তবনা মহাক য়াম্না শোক্করে, অদুবু ঈনক নক্না মকোকথক্তা চৌংদোল অদু লৈরবদা মহাক্না অংেৌবা আশাগা লোয়ননা থোঙ-কাপ অমমম কাখংলী। অদুম অদুম নকশিল্লকপাগী মতৌক মহাকী থৌনা হাপকংলী। খম্বতোন বারে, চোকথরে অদুবু মহাক ঈকুপ কুইদনা চৌংদোন য়োরে উরা অদুদগী উন্ন অদুদগী লৈখাক মথং মথং পায়দুনা খম্বতোন উ পাম্বী অদুগী মখোঙ থোক্রে। উখোঙ অদুদা মহাক তৈংহাক অয়ুক কখোয়-হিক্লোই ভোয়দুনা পোথারে। মহাক্না তৈংহাক অবা পোথোক্লবা মতুংদা উরা অদু য়েংবদা ভশেংনমক উপাল অদুগী মরা ভাইরমলে।

মহাক্না উ অহূদা পায়রগা মখারোমদা য়েংথরকপদা মহাক্না লৈরম্বা চৌংথাহূ পীক্তক্না উবা ফংই। তুরেল অহূম্ব পিশক পীক্না চেল্লী। তুরেল অহূনা লোকখাদা ঈশিং চায়বী ওইনা তাপ্লিবহূ মহাক তশেং তশেংনা উই। খম্বতোমা মফমহূ য়েংলগা মপুক্কি'দা নুং-শিবা পোকই। চহি তর' চুপ্পা লৈরক্লবা মফমনিকো হায়না খল্লুবদা মমিৎ অনিদা পি শীন্থরকই। ফনা কুইনা মহাক্না মফম হোংনা হেংনা য়েংলগা খল্লী: "মসিদনী এ়েনা লৈরম্বহূ। আদগী নুং অসিদনী এ়েনা অহানবা পন্দুনা লৈরম্বা মফমহূ; নুং অসি লৈরমক্রবদি এ ঈশিং চায়বী অসিদা চেম্থিক্তুনা শিবম্লগদবনী। এ়েনা রায়থু ফারম্বা মফমহূ আদৈসিদনী। এ়েনা অহিংদা হেক হেক তুন্থমহূ আদা লৈরে।" অম্বুম্না খম্বতোম্না, মহাক্না মফম অহূদা চহি তরা চুপ্পা লৈরকপাহূগী মিকুপ থুদিং থৈজহাক অহূগী মম্লুংদা নীংশিংই! নীংশিং-নীশিং মপী চহূম চহূম শীন্থরকই। মতম কুইনা য়েংলবা মতুংদা খম্বতোম্না মফমহূ চাউয়েং অমুক্তং য়েংলম্লগা চৎলগে খল্লে। মহাক্না মফমহূ মমিৎ পেনবমথৈ অমুক্তং য়েংলমলগা মখোঙ থাংবা হোৎরক্লে। অহূবু মহাক কদোম চৎকদগে খঙদে; কদোমদা চৎলগা মযুম য়োৎগদগেন্দ্র খঙদে। মমাংলোমদা খয়া থাপতক্না থ্বাইদগী রাংবা চৌংদোন অমা উই। চৌংদোন্দুদা কায়গা মহাক্না চৎপা য়াবা ফম্বী অমদী মফম উত্রা য়েংগে খল্লহূনা মহাক চৌংদোল অহূতম্না চৎপা হোৎরক্লে। চৌং-দোল অদু য়োৎবদা ফনা কুইনা চঙই। খম্বতোম্না চৌংদোল লেপ্পগা মাইকৈ থুদিঙ লৈতহূনা য়েংই। মিংনা হেক উপ্রিবা মফম ফাওবা মহাক চৌংগী চৌংঙাক্কা উপ্রি; চৌং অমগী মথংদা চৌং অমা, চৌংশাং অমগী মথংদা চৌংশাং অমা। খম্বতোন, কমদৌনা মযুম য়োৎবা ঙমগদগে খনবগী মতীক মযুম নুংশিরকই; মপুরোক অমদি মমামবা কম্না মথং মথং নীংশিংলকই। অরাবা কম্না তাক্করবা মতুংনদা মহাক অমুক হম্না অরাবা তাশিংল্লে।

অরাবা অমুক হয়া নংদনবা হেক ঙম্বমথৈ হোৎনরগে খন্দুনা মহাক মযুম যৌনবা, মহাক্না ওন্নিবা মাইকৈ অহুদা চৎপা হৌরক্রে।

---

## তরাশুবা

অসুম্না খম্বতোম্না য়াম্না চেকশিন্না অরাবা অমুক হয়া নংদনবা হোৎনহুনা লাকপনা মুমিং কয়ানী হৌরে। মহাক্না থেংনবা ঊটৈ রাটৈ চায় ; থেংনবা ঈশিং থকই। অহিং ওইরবদা মতা চাবা য়েংহুনা য়াবেকই ; নোং হেক ঙানবগা চৎপা হৌই। অসুম্না চীংশাং কয়া চৎলকলে, চীংলোন কয়া লাক্লকলে। অহু কাওবদা ভম্পাকী লম অমতা উবা ফংদে ; য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা চীংলোন পরেং পরেং, চীংশাং পরেং-পরেং লৈবদমক উই।

হন্দকতী খম্বতোন য়াম্না চেকশিন্নী। খোঙকম থুদিং য়েংনা থাংই, খোঙথাং খুদিং চেকশিন্না থাংই, শোয়দা-ঙমদনবা হেক ঙম্বথৈ হোৎনৈ। অসুম্না চৎলকপনা মুমিং কয়ানী হৌরে। মযুম যৌনিংবগী বাথলনা মহাক পোথাবা নাইদনা চৎলি।

নোংমা অযুক অঙনবদা খম্বতোম্না চীংদোন অমদা অসুম চৎলী। থঙহৌদনা অরাপ্পদা থুপী অমা শম পুহনা চৎপা উই। মতোমতা মতম কুইনা লৈরকপনা ভাইবঙ মী অমতা উরক্লবা মতম কুইরবনী। থঙহৌদনা ভাইবঙ মী অমা চৎপা উবদা মহাক মুঙাইবনা হায়ফম থঙদে। মহাক থোইনা খনুবা তোদনা থুপী অহুগী মনাক্তা চেনশিন্নী। থুপী অহু হৈক্তিং পাম্বী অমগী,

মখোঙদা হৈয়িং হেক্কনা লৈরম্মী। খম্বতোম্না সুপী অহুদা হায়রকই: "ইমা নহাক কদায়দগীনো! মকম অসিদা কৈদৌ-রিবনো?" সুপীহুনা খুম্মী: "ইবুংঙো ইমাদি চীংশাং অসিদা লৈবনী। ইমা হৈয়িং হেকলী, সে নংস্থু অমা চাওসে।"

খম্বতোম্না হৈয়িং অহু লৌরগা চায়। সুপীহুনা হংলকই: "ইবুংঙো, নহাক্কী মী তাদবা চীংশাং অসি কৈদৌরম্লিবনো?" খম্বতোম্না খুম্মী: "ইমা ঐদি শঙাইথেলদগীনী। চহী কয়াগী মমাঙ ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা চীংদা শীং চনবা লাকপদগী লম্বী লম্খাংনহুনা চীংশাং থুংনা চৎলুরে, শুরুংদা কয়া'মা লৈরুরে, অরাবা কয়াস্থু তারুরে। ঙসি ঐনা হিংহুনা লৈরিবসি ভগেংনমক অঙকপা অমনি। ঐ নহাম্না শিরম্লগদবনী। ঐ অমুক হম্না অরাবা তাদনা কমদৌনা য়ুম য়োশিগে হায়হুনা অসুম চৎচরিবনী। অহুবু চৎলিবমখৈ য়ুম য়োবা লৈতে। কদোমদা চৎলগা য়ুম য়োগদগে হায়বস্থু খঙদে। ইমা নঙনা করিগুম্বা খঙলবদী নচাদা য়ুম য়োনবা লম্বী অমুক্তা তাকপিয়ুব।" সুপীহুনা খুম্লকই: "সুংশিদা ইবুংঙো। চহি কয়া চুপ্পা শা কৈনা থল্লবা শুক্লবা চীংলক অসিদা অরাবা কয়া থেংনহুনা লৈরক্লবকো! লাও লাও, ইমা তাকপীগে, ইমাগী তুং ইল্লকউ।"

অসি হায়রগা সুপী অহু চৎপা হৌরে। খম্বতোনস্থু মহাক্কী মতুং ইন্দুনা চৎলী। অস্থুম চৎনা চৎনা সুপী অদুনা খম্বতোম্দা তাকই: "তু ইবুংঙো য়েংঙু, আদগী চীংদোলসি উত্রা? মসিদগী খোং মচা অমা চেম্থরিবা অসিনা লোক্কুং অসিদা তুরেল ওইনা চেল্লী। তুরেল অসি রায়খু অচৌবা ঙাক্কা লৈ হায়দুনা রায়খু য়োক কৌইদো। মসিদা কনাগুম্বনা চংলুরবদি মহাক অমুক হিংনা হল্লকপা ঙমত্রবনী খঙঙকো।" খম্বতোম্না খুম্মী: "ইমা ঐ মসিদা রায়খুত্তা চাদুনা চহি তম্না লৈরুরবনি। অদুবু লাইবক ফদুনা লাইগী নোংদম্না ঐ অমুক হল্লকপনি ইমা।" সুপীদুনা

হায় : "ইশ! ইবুংঙো, নরাইবক ফৈদকো রাম্রখুরোক অসিদা চঙলুরগা হিংনা হল্লকপা অসি নত্তোমভনিকো। মসিদবু শিরক্ত-বদি নঙ অমুক শিররোই, করিমভা মুংশা থীরুমুকো ইবুংঙো। অদুগা য়েংঙু অা- অরাপ্পদা লৈরিবা চীংদোন অসি উত্রা? মসি দগী অসোম রাংমদা চাংদোম্নদগী তুং লৈথবা চীংখাঙদা শুরুং অংৈবা অমা লৈবনী। মতুদা চঙপ্রবা মী, শা-শল অদু অমুক ইম্মা খোরক্ত বনি খঙঙুকো অঙাং।"

খম্বতোন : "ইমা হিংচাবগী শুরুং অদুরা?"

মুপী : "মানি ইবুংঙো। মতুদা চাউরবা হিংচাবা অমা লৈবনী। মতুদবু চঙপ্রবদি হিংচাবা অদুগী খায়াত্তা ভাবা শোয়ক্রবনি। মমাংঙৈদা চীংশাং অসিদা মী কয়া খুন্দানরম্বনী অদুবু হিংচাবা অদুবু কিবদগী হৌজিক্তি চীংশাংশিং অসি মী ভাক্রবা উমং ওইরবনিদো।"

খম্বতোন : "ইমা ঐনা য়ুমদগী অংানবা খোরকপা মুখিংকী অহিং অদুদা ঐ শুরুং অদুদা চঙলুই। ঐ চহি কয়া মপাল ংোক্লকপা ভমখিদে। হিংচাবতুদি শিংহোরে ইমা। ঐ মহাক্কী শক্ল পোংাং অদু উরক্লবনী। ঐনা ওন্দুনা য়েংবদা মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা ঐগী খোঙকাপ কুম্ম্রা শাংই। মথবাক্কী শক্ল পোলাংতু ঐগী থজীনমুক রাংই। অমম্বা শুরুং অদুদা ঐ ভা ভাক্তা চাতুনা হিংলকই; হিংচাবগী য়ারেকফম ফম্বাক অদুদা ঐ চহি কয়া ভুম্লকলবনি।"

মুপী : "অদুদি ইবুংঙো নহাক কমদৌনা শুরুংদগী মপাল খোক্লকই?"

খম্বতোন : "ইমা ঐহাক শুরুংগী খোঙলোঅদা খোক্লকপা নত্তে। শুরুং অদুগী নম্বী লীশিং হেম্মা কাংই। শুরুং অদুগী মপুং অমদা মপালদগী মুংশা অঙাল ফাওরকই, উচী মথুল অমুক লাউনা হোবা অমা থেংনৈ। ঐনা চহি

অমা চঙনা মতুদা খোরক্লবা হোৎপদা ইথুৎ অসি ঈহিং-নাইহিং শাখি। অতুবু চানিংঙাই লৈরক্লবদগী ঐনা চানবা থিবা চৎপদা লম্যাংনতুনা হায়রগী মফম থিবা ফংখিদে। কুইরবগী তুংদা লমচুই মকোলমুক ল্যাউবা অহোবা অমা থেংনৈ, ঐ মতুদা বানা লিংখোরকপনী।"

অস্রুম্না মখোয় অনি বারী শা শাতুনা চৎপনা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। নুপীতুনা হায়রকই : "ইবুংঙো নুমিৎ তারে। নুমিদাংদা চীংদা চৎপদি য়াম্না লুবনী। লম্যাংনগনবনী। অতুগীস্রু মথক্তা লমলকী শা কৈ অসিদি নুমিদাংদা মচীঙ্গাক থিবা কোয়না চৎপনী। মখোয়গা থেংনরবস্ত্র খুদোং থীনিংঙাইনীদো, অতুনা অহিং অসিমা পোথারো। হয়েং অয়ুক্তী শোয়দনা নয়ুম য়োরগনী। শে চাক লাম্নরিগনী, হৈয়িৎ অসি খরা চাশিল্লু, অতুগা পোথারো।"

খম্বতোম্না নুপী অতুনা পীবা হৈয়িৎ অতু খরা চাশিল্লে অতুগা পোথারে। নুপী অতুস্রু মাগী মনাক্তা ফম্নী। খম্বতোন বাবা চোকথবা অমত্তা ফাওদে। হরাওবোই নুঙাইবোই মপুক্লিং অতু তয়াং তশোই। মতম কুইনা মীওইবা অমতগা বারী শাবা ফঙলক্লুবা অমদি কনাগুম্বা অমদগী থোজালগী বাহৈ অমত্তা তারক্লুবদা নুপী অতুগা বারী শাবা অমদি মতোম্দা থোইদোক্লা মীনুংশি উৎপিবা অতুদা মহাক হায়কম খঙদনা নুঙাইবা পোকই। অতুগীস্রু মথক্তা নোং হেক তানবগা ময়ুম য়োরগনী, মপুবোক উম্নরগনি অমদি মমাম্নবশিংগা শাম্নরগনী খনবদা মহাক নুঙাই-মনখিবনা অহিং নোংশোয়বা মিৎ কক্লা অমা উইশিনবা য়াখিদে। মরক মরক্তা মহাক্তা নুপী অতুদা য়েংই। নুপীতু মঙাক্কী মনাক্তা অতুস্মক লৈ অতুবু নুপী অতু বাতুনা পোথারিমালে খন্দুনা মহাক বারী অমত্তা শাদে। অস্রুম্না নুঙাইরবা বাখল কয়াদা অহিং অতু হৌখিবা খঙহৌদে। নোংঙাল্লমদাই য়োরে। মতমতুদা খম্ব-তোন বায়মালে, তুমথক্লে। হেক তুমথখিবগা মহাক মঙ অমা

মঙই ! মমগুদুদা নুপী অদু থম্বাল মচুগী ফনেক ময়েক নাইবা অমা শেং, মোইরাংফি চনবা ইময়কী অঙোবা অমা ইন্দুনা লৈচীন মরক্তগী কুমথরকই। মহাক্না খম্বতোনদু নানবীরদুনা হায়রকই : "ইমাগী ইবুংঙো, খম্বতোন। ইচাবু ঐনা তাইবঙ মঙফাওনহন্নবা মিকুপতা ইমানা তাইবঙ মীরমরেন থাদোক্লম্বনা ইমানা ইবুংঙো নহাকপু খোমলাং মন্নীক অমত্তম্নু ইলম্বা নংখিদে। লাও ইবুংঙো ইমাগী খোমলাং অসে ইমা পেম্না অমুক্তা ইনগে ইচাদা।"

খম্বতোন্না মমাদগী খোমলাং খবোঙ থম্না থকচৈ। খোমলাং ইনবা লোইরবদা মমানা হায় : "ইচাগী অরাবা তাদনবগীদমক ইমানা মতম খুদীং ননাক্তা লৈরিবনী। নঙবু অরাবদগী মতম খুদীং ইমানা কনবীরকপনিকো ইবুংঙো। মগাগী আম্নত ফংলবা মচানা লেম্না মাঙবা হৌমদে। হৌজিক্তি চৎলো, তুমদুনা লৈথোক্লগনু, তু আদগী চীংদোন অসি কাখৎলগা হেক কুমথবদা য়ুম য়ৌরগনী। অশোয় অঙাম য়াওদনা য়ুম য়ৌবা ওইয়ুকো। অসি হায়রগা নানবী।

খম্বতোন মীকপ থংথোক থোকই। কোয়য়েং য়েংই, কনাম্নু লৈরমদে। মমগুনী হায়বা কাওথোকক্নুনা মমানী হায়না উৎপীরম্বা শক্তম অদুবু কোয়না য়েংজৈ, অদুবু লৈরমজ্রে। খম্বতোন মমগুনী হায়বা খঙলক্রে। হায়গী শম পুবী নুপী অদুম্নু লৈরমজ্রে। খম্বতোন খঙহৌদনা মমীংতগী মপী চদুম-চদুম শীন্থরকই। পোক-পদগী মমা মশক খঙলক্তবনী। মমানী হায়দুনা মহাকী মমগুদা থেখাং-থেখাং উৎলবা শক্তম অদুবু মহাক্না লাকশীন্দুনা খুক্লমজৈ। পম্থদুনা লৈবা কায়জ্রে থল্লদুনা মহাক্না মমগুদা মমানা তাকপীরম্বা লম্বেল অদুদা চৎপা হৌরক্লে। অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা চীংদোল অদু তম্না কাখৎলী। মমগুদা উখিবা মমাগী শক্তম অদু নীংশিং-নীংশিং অম্নুম কাখৎপদা অবাবা খঙহৌদে। চীংদোল অদু য়ৌরে। মতোম্দা লেপ্লগা মহাক্না য়েংথখিবদা তম্পাক

উরে। চহি কয়ামক্তম অসি চীংশাং পরেং পরেং ঙাক্তা উহনা লাক্লবা খম্বতোম্না ঈহান হানবা ওইনা কুইনা তুংদা তম্পাক উবা ফংবদা কয়াগী মতীক নুঙাইরিগবা! তশেংবমক খম্বতোন হায়কম খঙদবমখৈ নুঙাইবা পোকই। তম্পাক উবতদা ময়ুম যৌবগা চপ মান্নবা খৈজে। চহি তরাহুমদোইগী মতুংদা মপুবোক্কা উম্নবা ফংলনী অমদি মক্লপমপিজাশিংগা অমুকহন্না তিন্নবা ফংলগনী খনবদা খম্বতোন হন্নাওবনা পন্দোম লোমগ্রে।

অম্মুম লেপ্পুনা য়েংলম্বদগী মহাক ময়ুম যৌনিংবনা মপুক্লিংলাকহৎখিহুনা চেন্না চেন্ন' কুমথগ্রে। লোইরোয়-লোইরোয় হায়থখিহুনা শঙাইথেল অমদি নকুবা খুনশিং তশেং তশেংনা উবা ফংলে। মহাক্লা তৈঙহাক লেপতুনা অমুক য়েংজে। হান্নগী লম্বী অহুম্মক লৈ, হান্নগী তুরেল অহুম্মক চেল্লী। মমীৎত নুঙাইবগী পিরাং শীন্থরকই। চহি তরাহুমদোইগী মমাংদা মহাক্লা কাখৎখিবা লম্বী অহুমক্তদা খম্বতোন কুমথরক্লে। অম্মুম কুমথরকপনা চীংখোঙ য়ৌরে, খুন য়ৌরে। খুনগী মযাযদা চৎলীবা লম্বী অহুদা মহাক অম্মুম লাকই। মহাক্কী শেগায়রবা ফিজোল, কুইনা কক্লক্লবা শম, কোই অমদি খুজিল অহু উবদা খুনগী অঙাং কয়ানা মাগী মতুং কোয়ইন ইমৈ, খুনগী হূই ময়াম্ম' তান্না তান্না খোংই। অম্মুম লাকপনা খম্বতোন কোম্থোঙ য়ৌরক্লে। মহাক্লা লেপ্লগা য়েংই, মপুবোক উদে। ইথোল অহু নাপীনা পুমকুপ কুপশিনগ্রে। নাকল নাম্মা কিন্থরবা নোংথাং চাইরবা হুমদাংঙাক্তা ঙায়রবা য়ুম অহুগী মথক্তা শেবোং মাইরেন অমদী উন্নী ৱান্নী কয়ানা পুমউপ উপশীনগ্রে। য়ুম অহুদা মতম কুইনা মী অমতা লৈনদ্রে হায়বা মহাক খঙলে। খম্বতোন মমীৎ কুপতবমখৈ য়েংলগা মপী চদূম চদূম শীন্থরী।

---

লোইরবা।